


# মশা মউ ফবা
## অমসুং
# শান্ন-খোংনবদা তরুনি

শগোলশেম তরুনী
শগোলবন্দ মবুথৌ মন্ত্রী লৈকাই




MASHA PHABA AMASHUNG SHANA-KHOTNABADA TARUNUI

By : **Sagolsem Taruni**
Sagolband Mabudhou Mantri Leikai, Imphal



অহানবা ফোঙবাঃ ২০০৫

অফোঙবা ঃ হাওরোকচম প্রেমকুমার

মশীং ঃ ৫০০/-

ফংফম থোকপা ঃ অইবা

---

নম্ফম ঃ এমঃ আরঃ প্রিনর্টস, মোইরাং লৈরক মচিন।

## বাহৈ খরদং

ঐনা নোংমা ইভুদম লৈরক্তা গ্যানেশ্বর উন্নারুগে হায়দুনা চৎলম্মী। গ্যানেশ্বরগা ঐগদি মরক মরক্তা উন্নরগা সমাজগী চাওখৎ থৌরাংগী মরমদা তৎতনা ৱারি ৱাতাই শান্নদুনা ইবা খোৎপগী মরমদসু অদুম তান্নরম্মী। নোংমদি মহাক্তা, ইমা ইমাগী Autobiography নম্বীরো, ইমা, নম্নবা অমুক্তা তৌসি হায় তভ্তনা হায়রকপদগী ইজবনি। অশোয় অরান য়াওরবসু অদুম অখং অহৈনো তাকপিরক্লি হায়না নিংজৈ।

অরোইবদা অফাওবা মীশিংগী পাওতাক খরা মীয়ামদা তময়জরিবা অসি করিসু লৈজদ্রবী ঐনা ৱারি লাইরিক্তগী খরা খরা মতম শাংনা চহি কয়া চংনা খোমজিনজরবা মতুংদা হাপচবনি। মীয়াম্মু নুংশিজবদগী।

মীয়ামগী
শগোলশেম তরুন্নী
সগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকাই।

# অফোংবগী ৱাহৈ খরদং

ইনে তরুনিগী Autobiography অসি মীয়ামদা ফোঙদ্রিঙৈদা পাজবা ফংবদগী ঐহাক্না ৱাহৈ অসি থমজরি — অসিদা ইরিবা খুদিংমক ঐহাক্না অহল লমন, কৈরোই লৈকাইগী মীওইশিং অমসুং মরূপ মপাং ময়ামদগী হংজ খোৎচরুবা মতমদা পুম্নমক্না চান্নানা লৈরমবদগী ফোংদোকপদা অকায়বা লৈররোই খনজবদগী ফোংদোকচখিবনি।

ওজিৎ কুমার ময়েংবম

## কখোকচবা

লাইওইখ্রবী ইমা ইবেম্মা
নচানা হন্না হন্না কৌজবদা
খুমলকপা লৈররোইদবা
হে ইমা নুংশিবী
ইমানা মলেমদা লৈরীঙৈদা
নচানা ফোংজহৌদ্রে
নচাগী বাইওগ্রাফী অসি
কচ্চরি ইমাগী খুয়া খাদা নচানা
লৌবিয়ুকো পালেম অপোকপী
নচাগী খুদোল লৎনদনা
পালেমগী লমন মরিক
অমাতংবু শিংবা শকচগে
হে অপোকপী পোকপগী
মহৈ য়ানজগে নচানা।

**নহাক্কী নচা**
**শগোলশেম তরুনী**
**শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকাই।**

**শগোলশেম তরুনী দেবী**

শোক ১৯৩৪ দা থাংমৈবন্দ সিনাম লৈকায়দা পোকই।

অপোকপা ঃ শগোলশেম ইন্দ্রমনি সিংহ

অপোকপী ঃ কারাম নিংঙোল গম্ভিনি দেবী

লৈফম ঃ সগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি লৈকায়

ইচিনইনাও ঃ তরেৎ পোকই

১। শগোলশেম নিঙোল তরুনী দেবী

২। শগোলশেম নিঙোল বিনোদিনী দেবী

৩। শগোলশেম ইন্দ্রাকুমার সিংহ

৪। শগোলশেম রাজেন সিংহ

৫। শগোলশেম নিঙোল প্রাভা দেবী

৬। শগোলশেম নিঙোল নেনা দেবী

৭। শগোলশেম নিঙোল নোনী দেবী

অপোকপা শগোলশেম ইন্দ্রমনি মহৈতমফমশং কয়ামরুম লিংখৎলম্মী। মমা মপা লৈতবা কয়াগী অর্থম লিংখৎতুনা লাইরিক তমহন্নখি। বোকশিং, রেৎলিপতিংগী ফাউন্ডরনী। বিয়ুটি কন্তেসকী হৌদোকপনি। মনিপুর নীংতম্নবা তানখিবা অহানবা লুচিংবনি।

অপোকপী মীওইবা পুম্নমকপু য়াম্না ইকাই খুম্ননা চৎপী নুপী অমনি। মৈতৈগী ওইবা ইম্নফি, নুপাগী খুদৈ কয়া শাদুনা পোখোক কয়া পুথোকই। লৈকাইগী মীওই কয়াগী ফিদম্নফম ওইবা গম্ভিনিনি।

১। শগোলশেম নিঙোল বিনোদিনী দেবী মহাক্না ঐগীদমক্তা মতেং য়াম্না

পাংলকই। বাহৈ ফজবা পাওতাকনচিংবা মতেং পাংই। বিনোদিনী International গী থাক্তা স্নাগী মেডল কয়া ফংলক্রবিনি। ভারতকী মফম কয়ামরুমদা Sport তা স্নাগী মেডল কয়াসু ফংলকই। বিনোদিনী ময়ামগীদমক্তা মহাক্কী শাংগ্রবা পুক্সি লোইশিনখি। ইং শোক ১৯৫১ দা Miss Manipur খনবগী থৌরমদা মহাক্কা য়াওমিন্নরিবা পুম্নমক্তগী মানা পুমহেনহেনখি।

২। ইন্দ্রকুমার — ঐগী অহুমসুবা ইথ্বা ইন্দ্রাকুমারদি ইন্দীয়াগী ডুরদরসনগী Director ওই। লাইরিক কয়াসু মহাক্না ফোংখি। মীয়ামগীদমক্তা মহাক্কী বাখল চাওনা হিংলকপনি। International গী থাক্তসু য়ৌরুরবনি।

৩। শগোলশেম রাজেন সিংহ — ঐগী ইথ্বা মরিশুবা অসি M.A. দা 1st Class ফংলকই। D.M. College দা Lecturer অদুম ওইরি মহাক্না ঈশৈগী Audio Cassete কয়া পুথোকখি। Documentary Film সু পুথোকখি, লাইরিক কয়া ইখি। মহাক্না মতম চুপ্পদা মীয়ামগী য়াইফনবা থবক কয়া তৌদুনা লৈ। ঐবু মমাগুম্না লুনা তৌই।

৪। শগোলশেম নিঙোল প্রাভা দেবী — ইনাও প্রাভা মচে ঐবু লুনা তৌই। ইচে কুইনা পুক্সিয়ু, থবক অমত্তা তৌরুনু। মহাক্তী ঈশৈ নোংমাই পামজে। মহাক্তী অরাংবা থাক্কী বাখল খনবা ইনাওনি খুদিংমক চপমান্নে হায়না মঙোন্দা খেন্নবা থম্বা লৈতে। অঙাংশিংগী মফমদা পুক্লিং চংনা মহৈ মশিং তম্বীবা ওজা অমনি

৫। শগোলশেম নিঙোল নেনা দেবী — নেনা হায়বী তরুকশুবী ইনাওনুপী অসিদি লৈকায়গী চাওখৎ থৌরাং কয়া মীয়ামগা তান্না খোৎনদুনা মচু তানবা মীয়াম্না তান্নবা লাকচৈ। মপুক মপাউ য়াম্না তপ্পা ইনাওনি। মহাক্কা তান্নবদা অদুম অফবা ওইরকই। ঙসি ফাওবা নেনাগী মচিন্দগী ফত্তবা তাজবা ফংলিদে।

৬। শগোলশেম নিঙোল নোনি দেবী — নোনিদি C.C. Higher

Secondary দা Lecturer ওইনা থবক তৌরম্মী ক্রেচ সেন্টর চাওনা মনিপুরদা হাংলম্মী মীপুম খুদিংমক্কী ফনাবা হোৎনরম্মী। হোৎনবা কনবদগী মাই পাকখ্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা ইচে নংসে ঐগী ইমামক্নি হায়না খল্লি হায়দুনা লুনা তৌই মতম পুম্নমক্তা।

**শমলপনা পুক্নিগী বারি নৈনবা শগোলশেম তরুনী দেবী —**

শগোলশেম নিংঙোল তরুনী অসি ওঝা তরুনী হায়নসু ইনেবেম্মা হায়নসু খঙনৈ মীপুন্না। ইংশোক ১৯৩৪, সেপতেম্বরগী তাং ৯ দা থাংমৈবন্দ সিনাম লৈকাইদা পোকই। হৌজিক্না সগোলবন্দ মবুথৌ মন্ত্রি লৈকাইদা লৈ। মহাক অসি শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী মচা নিংঙোল অহন্নি। মহাকপু পোকপী মমানা কারাম নিংঙোল গম্ভিনী কৌই। মচিন মনাও তরেৎকী মনুংদা তরুনীনা অহনবনি। তম্ফাম্না স্কুলদা লাইরিক তমলকই। তম্ফাম্না স্কুলদা মেত্রিক পাস তৌই ইং শোক ১৯৫৭ তা Dhanamanjuri College হৌজিক্না G.P. Womens' College দা P.U.C. Pass তৌই। লাইরিক তমলিঙৈ মনুংদসু তম্মীন্নরীবা ছাত্রিশিং অদুনা মহাক্কী মনাক্তা তত্তনা চংশিল্লকলগা ব্রা তানবা হেক হেক লাকই। ময়ুমদসু, স্কুলদসু, কোলেজদসু অদুম লাকই। মাদি শাওগন্দে থবক পুম্নমক তপ্না তপ্না অদুম লোইনবা তৌই। নোংমা মহাক্না তম্মীন্নবী ছাত্রি অমনা তরুনীনা ক্লাস VI তা তমলিঙৈদা ইনথুরগা মঙকশমদা নমদুনা ফুরম্মী। মতম অদুদা ওঝা তরুনীনা করি অমতা শাওদনা হৌগংলগা, মমান্নবীদুনা পংদনা ঐঙোন্দা ফুরিবনি খন্দুনা করিসু শাওরমদে। মতম খরা লৈরগা নুপী ছাত্রি অদুনা তরুনীদগী পাওতাক লৌরম্মী। লুনা চান্না তৌবা হৌরকই। তরুনীদা ভাকপিবা ঙম্বা অমা য়াউই। মদু মাবু পোকপা মপানা তাকপিবনি।

**অঙাং ওইরীঙৈঃ**

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ইমানা ইবেম্মা নথকথোংবা খুদিংমক্তা ব্যাহার কাইরুনু হায়না তাকপীরম্মী। নহেনা মীবু নুংশিবীরবদি মখোয়নসু নংবু নুংশিগনি। হায়না ইমানা তাকপীরম্মী। ঐবু পোকপা ইপন্থৌনা, ইবেম্মা তরু

মীপুম্নমক লোইনা নুংশিবীয়ু। হায়না হায়বিরম্মী। ঐগী পষ্টোনা হায়বিরম্মী তরু লাও হায়না মানাক্তা কৌসিল্লি মদুগা রারি অতেন অতেনবা য়াম্না কান্নবা ময়াম অমা নোংমাদা অমমম্ লিবিরম্মী। মতম অদুদগী পারা ফাবাদৌনা রারিশিং অদু ফাজিল্লি। মনুংগী আইদিয়াদি খল্লুদে। হৌজিক্তী লোইনা খংলকলে। রারিশিং অদু ১। মীওইবনা করম্না হিংগনি। ২। মীওইবনা করম্না মী লোইনগনি। ৩। করম্না চাগনি ৪। হকচাংদা করিনা কান্নহল্লি। ৫। মীওইবগী পোকপদগী শিবা ফাওবদা করম্বা মওংদা অফবা অমা ওইনা হিংগনি হায়বাশিং রারি মচা মচা।

ওঝা তরুন্নী অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না হৈথোই শিংথোইবা অমা ওইরকখি। অহল, নহা, অঙাং, পুম্নমক লোইনা নুংশিননা খন্দোক খনজিন তৌদনা পুম্নমকপু তিন্নবা হৈবা মীশক অমনি। মীওই পুম্নমক লোইনা তিন্নবদা মহাক্তী লায়না থোকই। মহাকী মনাও নুপীগীমচা নুপানাসু নোংমা হায়খিবা তাহৌই ঐখোয়গী মম্মী (হুনবী) তরুন্নী অসিনা মীপুম্নমক তিন্নবা হৈরিবা অসিগী মকোক অসি অমুক্তং রায়বা য়ারবদি ফনি। মপানা অঙাং ওইরিঙৈদা বারুন্নী চিং কাবা পুবিরম্মী। বরুন্নী মহাদেব খুরুমলুবা হল্লকপদা চৈ অমা পাইরকপদো চিংখা য়ৌরবদি হন্দোক্রমলো হায়না মচেনা হায়রম্মী। মদুদা মানা হঞ্জেক্তনা পুদুনা চৎলি। মখোয়নসু হায়জল্লক্রবদুদা চৈ অদু উপাম্বী অমগী মনাক্তা ঙাদুনা থনম্মী অদুগা মানা (তরুন্নী) না লৈহৌরোকো নংগা ঐগা মতম শাংনা লোইনরকপনি হায়রগা মমিৎতা মপি তাদুনা কপলম্মী। অদুদগী মহাক্লা লাইরিক লেংবা, ঈশৈ লেংবা, শৈরেং ইবা হৌখি। চহি ১৩ দগী ইবা হৌখি। পিশক পীক্লীঙৈদগী মীখা পোন্না লৈবা পামদে। নিংতম্না লৈবা পামলম্মী। মহাক্লা পাম্বসি নিংতম্বদুনি। মহাক্তী অঙম তাল্লি। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদা থবক অমা তৌগে খনবদা ঙমদ্রিবা ফাওবা অদুম তৌদুনা লৈ। মহাক্লা নিংবা তৌগে হায়বা মীওইবনা য়াগদবা নিয়ম য়ৌনা তানবদা ফংদ্রি ফাওবা অঙম তানবী নুপীনি। মহাক্লা অঙম তানবদা থুনাদি মাই পাক্তে খর তপনা তপনা নিংবা হেক্তা থুংই। মরিল য়াম্না খাই, নুপী থোকই মতিক নত্তবা রাখলসু অদুম লামদুনা খল্লি। পৃথীবীগী অফাওবা নুপীশিংগী মওং অদু তম্মীংই। অঙাং ওইরিঙৈদা মবেমপোকনা রারিলিবা অদু থব্বাই য়াম্না য়াউনা তায়। অঙাং ওইরিঙৈগী

ৱারিশীংদো নিংশিং নিংশিদুনা অদুম ইরগা T.V. দা থাই। মখোয়না অদু থাবীরকই। মমা মপাগী ফমুংদা নখোংনা শোকহৌদে হায়বা তাবদগী নোংমতা মমা মপাগী ফমুংদা খোংনা শোক্তে। অহল লমনগী পাওতাকতি মানা অদুম মতম লৈবা খিবিক্তা ইল্লি। অহল লমন্না হায়বা অমত্তা হিক্তোক্তে। নোংমা মপানা ৱারি অমা লিবিখি। মপা মচা অনিদো তোঙান তোঙানবা লৈবাকতা লান্মী ওইরম্মী। নোংমা মচাদু মপাগী লাম্নীনা ফাদুনা পুরকলগা লোংনা হিপহল্লগা নং খঙব্র কমদৌই ঐখোয়না ফারেদো হায়বা মতমদা মচাদুনা লোংনা হিপলগা খুমলকখি। ঐগী ইপা রস্তম ওইরমলবদি নং খংলোইদ্রদো হায়রকপদা মপানা মাখুৎতগী খুৎলাই থাদখ্রগা ঐগী ইচাদো অসুক চাওরমলগনি ঐনা ইহ্লোক্রম্বদো হায়না ৱারিদু তাবা মতমদা তরুনীনা ৱা ৱা কপলগা মদুগী ৱারিদো করিগী লিরিবনো হায়দুনা মপাদা হায়খি। মদু নুমিৎ অদুদগী তরুনীগী ৱাখন্দা মীওইবা পুন্নমকপু নুংশিবগী থম্মোয়দা ফাওবা ঙমখি। মানা মীগী সেবা তৌরগা নুংঙাইজবা অসি মপানা লিরিবা ৱারি অদুগীনি। থম্মোয় থোৎনবগী ৱারি পাওতাক ঙাইহাক্তা তৎতনা মপানা মমানা লিবিরম্মী। মচিন মনাওদা নৎতনা শাগৈগী, মাচে, মনাও, ময়াম্বা লোইনা মানা লুনা চান্না তৌই।

*লৈশাংথেম ইবেয়াইমা*

**অঙাং মচা ওইরিঙৈ ঃ—**

ঐনা ইমা ইপাদা ফি অসি পাম্মী অসি পামদে ফি লৈবিয়ু নোংমতা হায়দে ৱারিবু লিবিরবদি অদু তাদুনা, ভাব অদুদা তিন্দুনা অদুম লৈ। ইমা ইপানা লৈবিবা ফিরোল অদুনা অদুম পেহ্লোক্রম্মী । কনাগুম্বা মীওইনা তরুনী নং করি মচু পাম্মী হংবা মতমদা লৈমচু পাম্মী হায়না খুম্মী। মীশক ইপাগুম্বা অদুনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, ইবেম্মা তরুনীদি তৌগে হায়না নিংথ্রবা অদু ঙমদ্রিফাওবা তৌগদবনি হায়রম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা তৌগে নিংবা অদু অদুম ঙম্লবা তৌই। হন্নবদি লৈতে তৌগে খনবদা। মদুনা খুদোংথীবসু অদুম নংদবা নত্তে। খুদোংথিবা অদুনা ঐঙোন্দা পারা অমা ওইনা পারা ফাবা ঙমখি।

**স্কুল তমল্লিঙৈদা ঃ**

তরুনী স্কুল তমলিঙৈগী মনুংদা মীঙোন্দা অরানবা অমত্তা তৌরুবা উদে। লিলাশিং খোঙনাংখোং স্কুলদা তমলিঙৈদা হাপ হেক থাবগা চৈরাওচিংগী মহাদেবা লৈরিবা মতোন অদুদা হেক্তা চেনখৎলি, অদুগা কুমথরক্লগা হাপ হনজিনবগা চপ মান্নে। নোংমদি মানা চিং কারুবগী হল্লকপদা হাপ হনজিনলমদুনা ওজানা মখুৎ তিংথোকহল্লগা ফুই। মতুংদদি নংন্নবা থুনা চীংদগী চেনথরকই।

ঐনা কাংদোং ফারকপা মতমদা শুমাংলিলা য়েংবা ইপানা চৎহন্দে, থাবল চোংবা চৎহন্দে ঐনা লোৎনা থাবল চোংবা চৎলুই স্কুল লমপাক্তা থাবল হেক চোংবা হৌগৎলকপদা কৌথোক্লগা থাবল চোংফমদগী যুমদা পুশিল্লি। য়াওশংদা পৈশা নিবা চৎহন্দে। পঠৌনা হায় তরুনী নং য়াওশংগী পৈশা নিবা চৎকনু মহা প্রাভু হায়বা শক্তি লৈরবা ঈশ্বর অদনা পৈশা নীবা তম্বীবনি। নিবাগী চৎনবী হৈরক্কনী হায়দুনা পৈশা নিবা চৎহন্দে। মদুনসু কান্নবা পীবা ওইরম্মী।

Lilashing Khongnangkhong School দা Class III দগী Class V ফাওবা লাইরিক তমলম্মী। মতম অদুদা ওইবা ওজাশিং অদু য়াম্না ফবা ওজাশিংনি। ওজা গুরুশিং অদুনা তাকপিরকপা পাওরৌ অদু হৌজিক ফাওবা নিংশিংদুনা লৈরি। ওজানা হায় ঃ নখোয়না লাইরিক পাবা মতমদা তুম্নীংলক্লবদি ফমফমদগী হৌগৎলগা সুমাং ফাওবা চেনখোকউ। অদুগা অমুক পাও তুম্নিংবা ফগনি। ওজানা হায়বদু ঐ তৌই।

মথংদা তম্ফাস্না Girls School দা Class VI তগী তম্মী। মতম অদুদা মতম অসিগী অইবী ওজা প্রমোদিনী, ওজা পোদা, ওজা সুমতি মখোয়না মতম অদুগী ওজানি। মতম অদুগী ওজা শিংদুগী হৌজিক ফাওবা মখোয়গী মগুণ লৈহৌরি। লাইরিক য়েংবম লৈকাইগী ওজা সোরোজিনি।

**কোকফাইত্তিং শান্নবা ঃ —**

অঙাং ওইরিঙৈদা কোকফাইতিং শান্নবদা তরুনিনা লম্বাদো অদুম ওম্মী। মানা ফাঙ্গতা তারবনিনা স্পোর্ট য়াউগে হায়না মহাক্লসু খনবা হৌখি।

**সোসিএল বার্কর ঃ —**

Self Helf Organisation গী Advisor অমা ওইনা August 2000 দা তোঙান তোঙানবা মেম্বর ২০ পুদুনা Ahamadabad তা Training অমা তৌনবা মীওইশিং পুদুনা চৎলি। 2001 দা Agartala দা অঙাংশিং মনিপুরদগী জাতি তিন্নদবা মৈতৈ, নাগা, কুকী, মৈতৈপাংগল পুদুনা Training তৌবা চৎলি। অদু



লমলাইদা প্রসিদেন্ট ওইবা

তমেলুরবা মতুংদা মনিপুরগী খুঙ্গং মফম খুদিংগী চৎতুনা হৈরকপশিং অদু অমুক তম্বীবা চৎলি। লীমোনগী বেক সাবা অঙাংশিংগী লাইহিরিক পুননবা অসিনচিংবা, সগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লমপাক্তা মপাল লমদগী হৈরকপাশিং অদুবু অনৌবা ওফিস অমা হাংদোক্লগা অঙাংশিং থবক ফংজদবা লৈশাবী মচাশিং Bag শানবগী মওং অদু তম্বা হৌখি। অগরত্তলারোমদগী শেলথুম থাদরক্তুনা লিমোনগী বেক শান্নবা লিমোন অমসুং মেচিনসু পিথরকই। অঙাং ফনা য়াম্না হৈহনখি। মৈহৌবম চমপানা সেক্রেটরি ওইনা থবক পুহল্লি।

**শান্নখোৎনবা ঃ—**

লৈকাইগী অঙাংশিং খোমজিন্নগা Freehand Exercise তম্বীরম্মী। মহাক মশামক্কী মান্দোপতা নুংদাংথাইরম খুদিংগী ছাত্র ছাত্রশিংবু রোল কৌদুনা Freehand Exercise তম্বীরম্মী অহৈবো ওজা অমা নেক্তুনা অঙাং শেম্বা অসি

মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী চাওনা থান্ন-কপা ৱাথন্নি।


তরুনিনা লমজেন চেনবা

All Manipur Veteran Sport Culture Organisation গী President অমা ওইনা November 10/11/96 তা অয়ুক পুং ৬ তাবা মতমদা তরুন্নীনা লমলোং বাজার অমদি খ্বাইরমবন্দ বাজারদা অমোৎ অকাই শেংদোকপগী Social Service অমা তৌই।

Government কা য়ান্নবা অমা পুরক্লগা Khurai Girls Secondary School দা তরুন্নীনা শানবগী মরমদা International গী থাক্তা য়ৌরুবা অমদি শান্নরুবনা কয়া য়াম্না কান্নবা, মতম সাংনা পুন্সিদুনা সমাজগী সেবা তৌবা ফংগনি, হায়বদো ক্লাস লৌদুনা ছাত্রা ছাত্রিশিংদা তাকপীখি। মতম অদুদা T.M. Rajen না Organisation অদুগী Secretary ওইবদগী পুন্নমক পাংথোক্তুনা তৌবা ঙমখিবনি।

মনিপুরগী কাচিন কোয়াদা চৎতুনা শান্নাবগী মরমদা ৱা ঙাংদুনা মীয়াম অমা মিংচনবীদুনা National অমদি International গী থাক য়ৌহনখি। ঙসি ভেটরিয়ান হায়না শানরোইশিং থোরকলীবসি তরুন্নীনা অয়াম্বা খোম্বনি।


তরুনিনা ছাত্রদা শান্নখোংনবগী মরমদা তাকপা

শান্নখোন্নবগী লম্বীদা লৈবাক কয়া কয়াদা শরুক য়ারুরবি ওজা তরুন্নী, মনিপুরগী



ওঝা ওইবিঙৈদা চৌক্রি ফমবিদা ফাষ্ট তাবা

মীওই কয়া কয়াবু অতৈ মীরৈবাক মচাশিংগা লম্বা পাবদা ঙম্নবা হোৎনবা অমদি শেমগৎপা অসি মহাক্কী ৱাখল্লোন্নি। মতম পুম্নমক্তা মীওইবা খুদিংমকপু পুক্নিং থৌগৎপীবা মীওং অমনি। নোংমতা ওজা তমসনীনা মীওইবা অমগী ৱাখল হৃন্নবা ৱাঙাং অমতা তাবা ফংখদে। মীগী ৱাখল অবাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবী নুপী অমনি। মহাক্না অতোপ্পা লৈবাক অমদা পোক্নমলৰর্দ অফবা থবক তৌবা ঙম্বা মীশক অমনি হায়না মীপুং খুদিংমক্কা খঙনবমগদবনি হায়বসে ঐগী অচেৎপা থাজবনি। মহাক্না মবৈবাক্কীদমক্তা ৱাজবা মহাক্না থৱাই য়াউবা অসি ঐনা ইবদা লোইবা নাইরবোই, মাগী থবক্না হেন্নগনি। মহাক্না হায় শান্নবনা হকচাং ফাহল্লি। শান্নবনা মীওইবা খুদিংমকপু Discipline লৈহল্লি। মহাক্না নৌরিঙৈদগী হৌনা মীওইবা পুন্নমকপু শান্নবগী লম্বীদা পুখৎনবা হোৎনবা নুপী অমনি।

**মশাগী পোস পাইবাঃ —**

লৈশাংথেম ইবোয়াইমা

১। শোক ১৯৮২ দা মনিপুব ভেটরিয়ান এঠলেটিকস এসোসিএসনগী মেম্বব ওইখি।

২। শোক ১৯৯৪ দা ওল মনিপুর ভেটরিয়ন এঠলেটিকস রেলফিয়াব এসোসিএসনগী Executive Member ওইখি।

৩। সগোলবন্দ মন্ত্রী লমপাক উইমেন দিবলভমেন্ট এসোসিএসনগী Treasurer নি।

৪। সগোলবন্দ মৈগা পাইবীগী সেক্রেটবিনি।

৫। সেল্ফ হেল্ফ ওর্গনাইজেসন মনিপুব চেপতব গী এদভাইজব নি।

৬। কলমনিস্ট কী ভাইস প্রসিদেন্ট নি।

৭। ভাই ফেইট গী মেম্বরনি।

৮। সগোলবন্দ অপুনবা লমজিং লুপ কী ভাইস প্রসিদেন্ট অমা ওই।

৯। ওল মনিপুর ভেটরিয়ন সপোর্ট কলচর ওর্গনাইজেসন গী ফাউন্দর প্রাসিদেন্টনি।

মনা মখুম ফংলকপা ঃ —

১। শোক ১৯৮৬ তা নাগপুর দা লমজেলদা ফাষ্ট তাদুনা গোল্ড মেডল ফংলকই।

২। শোক ১৯৮৭ তা বেঙ্গালোর দা কিলোমিটর ৫ গী ৱাল্কিং রেষ্ট তা গোল্ড মেডল ফংলকই।



মনা লৌবা

৩। শোক ১৯৯০ তা হাইদ্রবাডতা ২০০ মিটর দা গোল মেডল ফংলকই।

৪। শোক ১৯৯১ দা ইউরোপ কী তুরকু ফিনলেন্ড দা শরুক য়ারুই।


কান্তিরাভা ষ্টেদিয়ম

৫। শোক ১৯৮৫ দা ১১ শুবা এসিয়ন ভেটরিয়ন এথলেটিকস চেম্পিয়নশিপ, নিয়ু দেল্লি দা শরুক য়ারুবদা ব্রোনজ মেডল ফংলকই। ভারতকী মফম খুদিং পার্টিসিপেৎ তৌরুবদা ফংলকপা মেডল ১৭ মুক লৈ।

৬। ২০০৫ চেনাইদা স্নাগী মেডল ২ ফংলকই।

i) Bharatiya Dalit Sahitya Academi Dr. Ambedkar Fellowship Award, 2004. (ii) Decattan Club, Manipur না 1985. February, 17 তা মহাক্‌কী Excellent Performance কীদমক্তা Certificate পী (iii) All Manipur Women's Voluntary Association না IX World Veteran Championship held at Turku on 28th the July, 1991 য়াউরুবগী Certificate অমা পীরকই 2005 BDSA Dr. Ambedkar International award - (iv) An incentive state sports Award carrying an amount of Rs. 2,340. with certificate and citation was given on 10th August 1994 by the Department of Youth Affairs and Sports, Government of Manipur in recognitions of her out standing achievement



তরুনিনা Dr. Ambedkar Fellowship Award, 2004 লৌবা




ময়াম্না Dr. Ambedkar Fellowship Award, 2004 ফংলকপগী ওকপা

in the field of Athletic (Veteran) at various National and International levels. (v) She was interviewed in both Door Darshan Kendra Imphal and all India Radio, Imphal on her life time achievements in the field of veteran Sports.

অহানবা ওইনা মনিপুরগী Government অমদি Organisation কয়ানা মনামথুম পীরকই। মহাক্কী হিরম পুন্নমক্তা হনবা লৈতনা অদুম চংশিল্লি। মহাক্তী মীয়ামগীদমক্তা হিংবনি।

তরুনীগা চৎমিন্নবা খুদিংমক্কা মহাকপু য়াম্না ব্যেবহার তৌদুনা লমশাং চৎপদা লোইন্নমিন্নে। শান্নরোইখুদিংমক্কা তরুনীগী মখোংদা মরাইবক কৎলগা চেনবা হেক্তা হৌথি। অদুগা মাইপাক্কুনা ফাষ্ট তারকই। মফম পুন্নমক্তা তরুনীবু ইকাই খুম্নরম্মী। শান্নবা মীওই খুদিং নুপা, নুপী খুদিংমক্তা ওজা তরুনীনা নুংশিবা মীৎয়েং অমদি ৰাঙাং নুংশিবা মওং মতৌ অদুনা মীওইবা পুন্নমকপু লোইনা তরুনীনা নুংশিবা ঙম্মী।

**অইবী অমা ওইনা ঃ —**

অঙাং ওইরিঙৈদগী ঈশৈ ইবা অসি য়াম্না পামজনা ইবা হৌরকই। শৈরেং অৱাবগী কপনিংবগী পিরাং শিন্থাদুনা ইবা ঙাক্তনি। মপল ইবুংঙো ওজা কলিদমোন্না ঈশৈদা শক্কুনা লৈবানিনা তরুনীশু ঈশৈশি য়াম্না পামজনা হোরকই অদুবু ঈশৈ শকপদি শুর শঙ্কা শুই শুদে খংদে শকপদি অদুম শকই। মরম অদুদগী ঈশৈ ঙংল ঙংলাগা ঈশৈ ই। মহাক্না ইবা ঈশৈ ময়েক ১০০ অদু পাজরে অদুদসু মহাক্কী ঈশৈ ময়েকশিং অদু All India Radio, Aprove তৌবা কয়াসু Radio দা তাবা ফংজে। অইবী অমা ওইনা ওজা তরুনীনা ইবা Bahai Faith কী Cassette কয়াদসু তাজবা ফংই। জম্ননেতা হিজম ইরাবতকী মরমদা শৈথাবা ঈশৈ তাজবা ফংজখি। তরুনীনা ইবা ঈশৈশিং মচল শুনা য়াওই। পাজবা মতমদা থম্মোয়দা থোইদোক্না শুরগী ইথিল ফংই। ঈশৈ ওইনা শকনিংবগী মীপুং খুদিংদা ফাওহল্লি । ঈশ্বরদা চংজবা ঈশ্বরবু থিবা ঈশৈ ময়েক কয়া থেংনৈ। মনিপুরগী ঈশৈ কয়া সাহিত্যগী পুকৈদা খুদোল

তমলিবী লাইরিকশিং মাইপাকপগী খোংজং অমনি হায়না লৌবা য়াই। মনিপুরগীদমক্তদি অফবা পোখোক অমনি হায়বা য়াই।

**মানা ফোংথিবা লাইরিকশিং ঃ—** ১। শক্লগে তারো ঈশৈ। ২। মনিপুরগী থৌনা ফবী নুপীশিং। ৩। লমকোই খোংচৎ কলমগী ওইনা শৈরেং শৈত্নিবদা লাইরিকশিং অদুম ফোংই। কলমনিস অমা ওইনা খবর কাগজ কয়াদা Articles কয়া তত্তনা হাপ্পা থেংনজে। খবরগী মতাংদা তরুনীনা হাপ্পা হকচাং ফানবগী মরমশিং চাওখৎ থৌরম, লাইরিক লাইশু মরম, ইরমদম মাংহনগুমশি, শান্ন খোৎনবগী মতাং, লাইরিক তম্বা লোইরগা লাইরিক তম্বা লোইরে হায়বা য়াদে। মীওইবগী কান্নবা ময়াম অমা অদুম ইবা থেংনৈ। মতম পুম্বদা ইরাগতা নুংঙাইজবা ওইনা তৌই। মৈতৈ ময়েক্কী Training অমা June গী 1983 দা মনিপুর Government না থাদুনা য়াউরুই। ওজা ওইবদাসু মৈতৈ ময়েকী ওজা ওইনা অঙাংশিং অদুম তাকপী তম্বীরম্মী। শোক ১৯৯৫ দসু মৈতৈ ময়েক্কা ইবা ইমা লৈবাক ইরমদম হায়বা শৈরেং Compitition অমা তৌখি মতম অদুদা 1st, 2nd, 3rd তাবা মীওইশিং Prize পীখি। মহাক্কী মরান্নাই পৈশানা অদুগী Prize য়েম্লোকই। মীগী চাওখৎ থৌরম করম তৌরগা চাওখৎলক্লি হায়বা রাফম অসিনা মহাক্কী অচেৎপা রাখল্লোম্নি। চাওখৎপা মীমান্নবা, মীঙোন্দগী নোপথদবা চাংমানবা হিংমিন্নবা পাম্বা মীশক অমা ওইবা মরম্না মহাক্না তিন্নবা অসি মীপুং খুদিংমক্না পান্নরম্মী। মীওইবাশিংদা থাগৎ রাহৈ, নুংশিবা য়াঙাংশিংনা মহাক্কী নোংমগী শাজৎ ওইরম্মী।

**Training :**

তাং ২৭/ ৪ / ২০০০, Self Help Organisation গী Advisor অমা ওইনা শগোলশেম তরুনীনা Ahamadabad দা ট্রেনিং কী মফম খুদিং থুংনা চৎতুনা মনিপুরগী চাওখৎ থৌরাংগী মরমদা Training অমা তৌনবা



Ahamadabad দা Trainee অমদি তরুনি

হায়দুনা অঙাং কুন পুদুনা চৎলি। বস অমা হাইরগা ট্রেনিং তৌফম মফম মফম খুদিংমক্তা চৎলগা অঙাংশিং অদু লোইনা ভাব তাহনলগা অঙাংসিং অদু মনিপুরদা থোরকগা মনিপুরগী খুঙ্গংদা চৎতুনা থবক ইথাং ফংজদ্রবা মীওইশিংবু অমুক হন্না ট্রেনিং পীদুনা মনিপুরগী লৱাই থৱাই



খুদিংমক চৎতুনা তরুনীনা অদুম থবক থৌরমশিং চত্থারম্মী। থবকশিং অদুদি শঙ্গোম্না শাবা পোখোকশিং , হৈ মহি শেম্বা, মীওইবগী চংদবা য়াদ্রবা পোখোক কয়া শেম্বা অসিনচিংবা কয়াবু তমলুরগা অদু অমুক হন্না মনিপুরগী অঙাংশিংদা অদুম তম্বী তাকপীবগী থবক অদু চত্থারম্মী।



Agartala দা Trainee অমদি তরুনি

অরাপদা লৈবা মীওইনা বেঙ্কতা পৈশা থম্বা লৌথোকপা লাকপা মতমদা নংদ্রবদি অমুক পৈশা তিংনা হনখি। বেঙ্ক অমা অরাপ্পা খুঙ্গংদা লিংখৎলবদি য়াম্না খুদোং চাবা ফংগনি হায়দুনা খুঙ্গংগী মফম অমদা বেঙ্ক লিংখৎপগী মরমদা মীওই খুদিংনা লুপা ১০ থায়গৎতুনা বেঙ্ক অমা শেম্নবা অদুম তাকপী তম্বীবাগী থবক অদু নোংমা চংনা তম্বীরুই। অসিদা নত্তনা লাইরবা মীওইশিংনা নারকবা মতমদা ডাক্তর খুঙ্গংদা থমন্নবগী মরমশিং অদু করম তৌরগা ঐখোয় মনিপুরগী ওইনা তৌরুনবা তান্নদুনা লৈরী। অগষ্ট তাং ১২/২০০০ অগরতালাদা ট্রেনিং অমা অঙাং ২০ পুদুনা চৎলুই। জনুৱারী গী তাং ৫ গৌহাতিদা ট্রেনিং



মীয়ামদা থুমখোং য়েংবা

অমসু তৌবা চৎলি অঙাংশিং লৈশাবীশিং পুদুনা চৎলি। করম তৌরগা Government না য়ৌবা ঙমদবসি Panchayet না তৌনবা অইনদা য়াউখ্রবনি Agency অমনা তৌগদবা নত্তে ইশাগী থবকনি হায়না খল্লগা থবকশিং অদু মওংতানা তৌবা মতমদা খুঙ্গংশিং সোইদনা চাওখৎপা থাক্তা লাক্কনি হায়বনচিংবা কয়ামরুম নৈনরক্লগা মনিপুরদা থবকশিং অদু চখদুনা থবক ওইনা পাইখৎনবা হোৎনখিবী তরুনীনি। গৌহাতিদা মীওই ২০ মুক পুরগা চৎলি।

নিংঙোম্বম চম্পা দেবীবু Secretary হাপতুনা মহাক্কী লমজিং মখাদা মীওই কয়ামরুম খোমজিন্দুনা ট্রেনিং অমা চখাবা অসি June গী তাং ৫ দা হৌখি। লিমোন্না বেক শাবা হৌখি Self Help Organisation গী Advisor অমা ওইনা তরুনীনা তাং ৫/৬/২০০০ দা অগরতালাদগী লৌথরকপনি।

November 13 to 14, 2000 Workshop on Human Right and Development, Sponsored by Government of India হায়না মনিপুরগী গেইস হাউসতা ইন্দিয়াগী Home Minister, Patil না লাক্কুনা Human Right কী মরমদা ৱাহং পাওখুম তৌদুনা মীয়ামগী ওইবা Workshop অমা খন্ন নৈন্দুনা মীৎ মাইপাংনবগী থবক অদু চখনবা তরুনীনা Selp Help Organisation, Manipur Chapter গী Advisor অমা ওইনা থবক থৌরম অদুদা শরুক য়াখি। Human Right কী মরমদা ৱাহং পাওখুম তৌদুনা নৈনবসি মনিপুরগী ওইনা মসিনা অহানবনি। য়াম্বেম মেঘা, য়ামবেম লাবা, অমদি বব্রুনা হিরম অদুদা খন্ন নৈনবদু মপুং ফাহনখি।

Three Days Training of Trainers on Panchayati Raj, Venue - Gouri Sadam, Gawahati, Assam, Date 27th December to 29th December, 2002, Assam, Venue Gauri Sadam হায়বা মফম অদুদা Panchayat Raj গী মরমদা ট্রেনিং অদুদা খন্ন নৈনরুবা মতুংদা অমুক হল্লক্লগা খুঙ্গংদা চৎতুনা মী খিদিংমকপু থংহন্নবা হোৎনরুই।

মনিপুরগী ওইনা পাইখৎখিবা থৌদাংশি ঃ

নম্বেমবর তাং ১/২০০১ — স্বা কোনুংদা মেরা হৌ চোংবা হায়বা চিংমী তম্মী পোৎ লান্নবা অমদি নুংশি চান্নবা থৌরম অমা পাংথোকপা ঙমখি।

মতম অদুদা মা কোনুংগী মচাইবুঙো মাজাওবনা Chief Guest ওইদুনা Sagolband Apunba Lamjing Lup কী Advisor অমা ওইনা তরুনীনা চাওরবা থৌদাং লৌখিবা চীং তম নুংশিনবগী পোৎলান তৌনখি।

Sagolband Acoam Lup কী Advisor অমা ওইনা ২০০২ দা General Election গী মতাংদা ভোট লেপলীবা Candidate খুদিংমক্তা পৈশা য়েনবা Camp শাদুনা অঙাং মাংহনবা য়ারোই হায়দুনা কোইনা চৎতুনা থিংলম্মী। মাইক্তা লাওথোক্লম্মী, নত্রবদি ভোট লেপা য়ারোই। পাৎসোই, সগোলবন্দ মফম খুদিংমক য়াম্না চেকসিন্না ইংনা ভোট থাদনখি।



কৈক্রুপাৎতা লম শেংবা

মে তাং ২/২০০২ সগোলবন্দ মন্ত্রি লমপাক্কী ওইনা Selp Help Organisation না শিল লাংলগা চথারকপা Training Centre অদুদা Seva Group না লাক্লুনা করম তৌরি হায়দুনা য়েংবিবা মতমদা ফজনা থাগৎলম্মী অমসুং মতেং পীরকনি হায়রম্মী। মদুদা থবক চাওনা তরুনীনা মাইপুনরম্মী। Ahamadabad কী Seva Group না য়াম্না নুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী। থবক ফংজদবা নহারোল কয়ানা করম্না শেনথোক লম্বীদা খোংদাদুনা লৈগনি হায়না খন্নদুনা নৈনরক্লবা মতম অসিদা সগোলবন্দগী ওইনা থবক খরা ফংজদুনা বেক শাবা, তুবা অসিনচিংবা থবক অদু মীয়ামগী ওইনা তরুনীনা শিললাংদুনা পুখৎপীখি। লাকপীবা Seva Group অদুনা য়াম্না থাগৎপীরম্মী। মনিপুরদা নুমিৎ মরিগী ওইবা Seminar পাংথোকখি।



কঙলাদা মনা পিরকপা




২০০২ দা Hapatitish কৌবা Silen Killer হায়না খঙনবা মহিক অসিনা মী কয়া হাগ্রবা মতুংদা মনিপুরগী ওইনা থবক থৌরম কয়াদা থৌনা ফানা চোংথোকরক্রিবী তরুনীনা অঙাংশিং চম্পা, রঞ্জনা, সংথাই, সান্তী, হায়বা হিদাক কাপ্পা হৈবা অঙাংশিং পুদুনা Selp Help Organisation, Manipur Chapter না শিন্দুনা মনিপুরগী কাচিন কোয়া চংদুনা মীওই লিশিং ১০ গী মথক্তা কাপখি। লৈনাশি পকপা মীওই অমগা পক্তবা মীওই অমগা বোন শান্নবদা বোনদুগা মহাক্কী মখুৎকী হুমাং অদু অতোপ্পা পক্তবা মীওই অদুগী মখুৎ অদুনা বোন অদু পাইরুবা মতমদা Hepatitish হায়বা লৈনা অদু চংঙী হায়বা লাইরিক অদু পারুবাদা অদুম খংবা ঙম্মী।


দিক্কু ওকপা

মনিপুরগী ঙমখৈগী মতাংদা Acoam Lup কী President অমা ওইনা ঙমখৈগী মতাংদা থরাইনা পোক্লা ওইখ্রবা মীওই অথৌবা মরৈবাকপু নুংশিজবা অথৌবা তরানিপাল গী মোংফম শেংদোক্তুনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। Acoam Lup কী মেম্বর মশিং থীঙমদনা থৌদাং অদু য়াউখি। হৌজিক ফাওবা চহিনা য়ামশিলক্রবা মতম অসিদা অয়ুক পুং ৫ তারবদি হেক্তা হোগথলি। অদুগা সমাজগী কান্নবা হিরম কয়া হেক্তা ইবা হৌই। লাইরিক অমত্তা উবা য়াদে মহাক্কী মচানুপা ইমোতোন্না ইমা নংদি চে উবা য়াদবনিনা খবর অমগা লম্বীদা তারমলবদি খুনলুনুকো হায়রিবনি ইমানা খবর বু অসুক Interest লৌরিবা করিগিনো। মদু মীনা হায়রক্লবসু মাদি শাওদে মরমদি খংদদুনা তৌজরিবনি , জ্ঞান তারবা কান্দা মরাইনা ফাজরকনি মসি তরুনীগী বাথন্নি।

**ফিন্ডলেন্দ খোঙচৎ, ১৯৯০**

মীওইবগী পুন্সি হোংবা নাই, অথিংবা য়াওদ্রবা পুন্সি অদু মীওইবগী পুন্সি নৎতে। মীওইবগী পুন্সিদি অঙকপনা পিক থন্না লৈরবা মালেম অসিগী অফবা পুম্নমক য়েংনিংবা খঙনিংবা ঙাক্তনি। ঙসি জংগল ওইরম্বা মহৌশাগী ফাজরবা ঈশ্বরগী খুৎশেম অদু হয়েংদি তেমথোক্লবা ফুরা দালান ঙাক্তনা থল্লবা মীওইবগী লৈফম ওইরম্বী মীওইবগী পুন্সি অহোংবা নাইবগী মওং অদুম উবা ফংই। অহোংবা লাকপনা মীওইবদা অকাইবা


ইউরোপ কন্ত্রি

হায়বা পোংশকত্তু ওইরকপা ঙমদে, মসি হৌনশানি। খুদিংমক অফবা ঙাইহাক্তগী খনদোকপা ঙমলবা মতুংদা অফবা ওইনা লোইনা উবা ফংই। ঙসি ফাওবা অকাওবা লৈতনা নিংশিংলি চহি খরগী মমাংদা উরুবা য়েংলুবা, চৎলুবা নিংথিজবা মিৎফম হোংবা য়াদ্রবা Turku Suomi, Findland মফমদো। পুক্লীং লাংতকনৈ ইহৌরকলে ইথক্লাইরে পুক্লীং বাখল। ফাজিনবা ঙমলক্তরে পুক্লিং বাখল খংদনা কাঙাওনরে। অতোপ্পা বাখল অমতনা ঐগী থম্মোয়গী ইথক ইপোম থিংবা ঙমলক্তরে। ইবা হৌরক্লে চপ য়ুংনা খনবা হৌরক্লে ফাজথ্রবা ফিন্ডলেন্দগী দৃশ। ঐগী কলম ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমলক্তরে। মথং মথং ইনিংবা অমগা লোইন্নবা দৃশশিং অদুনা ঐগী মাংদা অদুম লেপতুনা লৈবগা চপ মান্নবা লৈরে। কনাগুম্বা অমগী মখোল তাবা ফংদ্রে দৃশ অদুদা লুপতুনা লৈরে। করিসু খংজদ্রবী ঐগী থম্মোয়দা ফজথ্রবা মফম অদু তরাম তরাম্না কৌশিনবা হৌরক্লম্মী। ওল্লে ঐগী থম্মোয়, খংহৌদ্রবা অওনবা লাকলে। থম্মোয় লাংতক্লনা লৈরে হৌজিক।

ফিন্ডলেন্দ হায়রিবা মফমসি হৌজিক নৌরীবা অমদি মোর্ডন কন্ত্রী অমনি। ইউরোপকী অৱাংথংবা চিদায়দা চিংলেম্না লৈবা মীওইবা পুম্নমকপু

পুক্নীং হবা ঙম্বা, মীওইববু শুমহৎনিংঙাই ওইবা য়েংখি য়েংখিবা খুদিংদা মীৎফম হোংবা ঙমদবা, শিংথাবদা লোইবা নাইররোইদবা মফম অদু হেক উরুবা নুমিৎ অদুদা ঐগী থম্মোয়দা ইরেবাক ইরমদম মণিপুর হায়না মিংথোল্লবা ঐগী পোকফম লমদম অদুবু খঙনিং নিংশিলজুনা মীৎতা পি খঙহৌদনা চেষ্টরকপা মতম, ঐগী ইমা লৈবাকী নিংথিজবা ফাজত্রবা ডাঃ কমলনা শিংথবদা লোইবা নাইদ্রাবা হৈবোক চীংগী দৃশ হায়বা পারা অদুদা য়াওবা পাবদা থম্মোয় শুমহৎপা মখৈ ফজবা লূবা নানবা নিংথিবা অদু খংনিং নিংশিংলজুনা ফিভলেন্দগী দৃশ অদুগা ঐগী থম্মোয়দদি চপ মান্নহনদুনা চাংদম্নবা হৌরকই। নুংশিখ্রেদা ইমা মণিপুর হায়বা রাহৈ অসিনা চিন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা ফজত্রবা Europe কী অরাং থংবা অরোইবদা Russia অমসুং Sweeden মরক্তা তোমখিল ঙানদুনা লৈজবা চাওরবা লৈবাক শক্লাইরবনি। পৃথিবীগী মফম কয়াদগী মীওই কয়ামরুম তৎতনা লাক্তুনা তোঙান তোঙানবা মওংদা নুংঙাইবা পীদুনা পোথহনবা মীপুম খুদিংবু পেনহনবা ঙমবা অমদি শক্তি ওইনা পোত্থহনবা ঙমবা মফম অমনি। ফজবা খিবিক মফমদুদা লৈরিবা খিবিক অদুবু উরুরগা ঐগী থম্মোয়দা ইমা মণিপুরবু মওংতনা শেংবীবা পিকচারবসু মগুণদি চাওরবা Country অসিনা হেনবা ঙমলোইদকো হায়বা রাখল অদু লামসন্দুনা খনবা হৌরক্লম্মী। মীওইবনা ঙমদবা লৈতে, ঐখোয়বু শেম্বীবা ঈশ্বরগী শিংথবা ঙমদ্রবা গুণশিং অদু তাইবং মীওইবনা শেম্বানি, ফোংদোকপনি হায়বসে অফাওবা Judge Banasaw না হায়রম্বনি। ঐখোয়গী পিক্লবা মণিপুরসু করিগী ঙমলোইদৌরিবনো ঙমগনি হায়বা রাহৈ অসি খঙহৌদনা ঐগী চিন্দা ঙাংথোকখি। নোংমাসু খঙহৌদনা ডাঃ অমা ঐখোয়গী ইনাক্তা চংলক্লম্মী। মতম অদুদা ঐনা মাবু য়াম্না নুংশিবা পোক্লম্মী। মঙোন্দা ঐনা হংলম্মী ডাক্তর ঐদী এলসার তৌই করি হিদাক চাগনি হংবা মতমদা ডাক্তর অদুনা খুমলক্লম্মী হিদাক চারুনু অশেংবা ঈশিং অদু ঙাইহাক লৈতনা থকউ। হায়রকপদগী হিদাক চারুদ্রে ঈশিং তৎতনা থকপদগী অনাবদো কাদায়দা চংত্রবনো চহি চা কয়া হৌখ্রবসু লোইনা ফাদোকখরে।

মফম অসিদগী খা থংবা শারুকতা য়েংবদা পুক্নীং হুরবা মিৎফম হোংবা য়াদ্রবা মখৈ ফাজরবা নিংথিজরবা চাথোক লৈবা লৌউবগী মফম অমদি পৃথিবীদা

খ্বাইদগী ফাজরবা ঈথং মপৈ লীশিং কুনথ্রানা পুনবা Archipelago নৈ। Finland গী ময়াই থংবা শরুকতা পাৎ লিশিং কয়া অদুগী মথক্তা মহৌশাগী খুৎশেমগী ফাজবা কয়ানা হৌজিক্কী মফম অদু সর্গগুম্না ফাজবা ওইহল্লি। থম্মোয় লাংতক্লুহল্লি ৱাখল মওল মওল খনবা হৌরকখি সর্গ হায়বদো মসিমুক ফাজরমগদ্রা নিংথিজরমগদরা, ঐগী থম্মোয়দা মহৌশা লাইরেম্বীবু খংহৌদনা ৱারি শান্নবা হৌরকই। নুপী হায়বা অসি প্রাকৃতিগী তংখাই অমনি হায়নবা লৈবনিনা মফম



ইউরোপ কন্ত্রি

অদুদা থম্মোয় অসি চুপসনখরে। পৃকৃতিগা অমতা ওইনা তিন্নখরে। মফমশিং উরুবদা ঐহাক অসি IX World Veteran Championship Participate তৌবা লাকপনি হায়বা অদু পুম্নকাও কাওথোক্তুনা মফম অদুনা অদুম ঐবু শুমহৎখি। অশাংবা চীংশাংনা লৈতেং ওইদুনা লমদম অদুগী ফাজবা হেনগৎহল্লি। ময়াই অমসুং অৱাংথংবা শরুক্তা Finish Lampland গী Arctic Circle গী মথক্তা Midnight Sun অমসুং Santa উবা ফংই। Europe কী মনিং থংবা মী তাদবা মোংসোং হৈ লৈনা থল্লবা য়েংবদা অপেনবা লৈতবা পনখৈ নাইনা মচুনা লৈতেংলবা লৈশিং অদুনা কৌরকদৌবগী মওং মানবা, হৈপোল লৈপালশিং অদুনা পরেং পরেং মহৈ মরোং চুন্না লেপতুনা লৈরিবা মীওইবনদি খুদুম চনবা ঙমদ্রিবা শান্তিগী ফাজথ্রবা মফম অদু উবদা ঐগী থম্মোয় লেপত্না ঈথক হৌরপদো, ঐগী ইরৈবাক্কী মণিপুর নংগীদমক্তনিকো ঐনা ৱারিবা অসে ইমা নংগীদমক্তনিকো হায়না খন্দুনা মীনা কৌবক্কা তাদবমখৈ উংদুনা লৈরম্মী। ঐদি ফাজ ফাজবা লৈবাক অমদি National গী ওইনা চৎপা মতমদসু ফাজবা খিবিকতবু উরগা করিগী ঐখোয়সু মখোয়দৌনা মওং মান্নবা ওইরোদবগে হায়না খনবা হেক্তা হৌরকই। ফাজথ্রেদকো হে ফজবা দৃশ।

June 18, 1994 গী নুংদাংবাইরমদা মখোং ৪ পানবা গাড়ী অমা তোংদুনা লাক্লগা অকে অমৌনা থম্না লৈরবা মফম অমদা কুমথরগা ফাজবা মফম অদু য়েংলম্মী। মফম অদুদা Finland গী অশেংবা হাবা নুংশিৎ, মহৌশাগী ফাজবা তাংথক্লাইনা চিংলেম্বা, উমং বামংগী ফাজবা হৌরিবা উ-বাগী পারেং পরেংশিং Spreece, Pine birch, Wild Animal cliks কয়ামরুম মফম অসিদা মঙংতানা লৈ। য়েংবদা য়াম্না নুংশিবা অমা পোকই পুক্নীংগী


হুকিস হোটেল

বাখল চোইজাইনরকই। পুক্লিং ফাজিনবা ঙমলকতে ইশা ইতোমতা খংহৌদনা হমাং কাংলকই, বাখনদি পোংথফম খঙহৌদে থম্মোয় ইরাং হৌরকই। চেংঙম হায়বা ঐখোয়গী মণিপুরদা চান্নরীবা চীজাক অদু মফম অসিদা য়াম্না মরাং কাইনা ফংই । মদুনাসু মখোয় লম অদুগী কারবার তৌনে। Finland লৈবাক অসিগী মরুওইবা মাশাগী ওইবা তোপ তোপপা মতন চেনজবা কালাকার কয়ানা অনৌবা চাওখৎপা থাকী মাগুণলৈবা পোংখোক পুখোকচাবা ঙমজবা অদুগুম্বা শিংথানবা য়াবা লৈবাক অমনি। লৈবাক অসিদি থান্নলা ঐনা চহি ১২ রোম শরুকপা মতমদা ঐগী ইপানা হায়বিরম্মী Europe মুক চাওকৎপা হৈশিংবা চমজবা লৈবাক অমা পৃথিবীদ লৈতে। হায়বীরম্মী নিংশিংলি মতমগী অদুগী ইপানা হায়বিরমবদো। মদুদগী হৌনা ঐনা Europe চৎকে হায়বা বাখল অদু অদুম খনদুনা লৈরকই। খংহৌদনা ১৯৯১ দা মফম অদুদা চৎনবা খললকপা অদুদগী নুংঙাইনা হরাওবা অমা ঐঙোন্দা ফাওখিবা অদুনা ঙসি Europe কী Finland হায়বা লম অদুদা য়েংজবা ফংখি। থম্মোয় মরাং কাজখি । থম্মোয় মকা লামজখি।

Finland গী Culture অসি Unique Culture ওইনা তৌই। লৈবাক অসিগী মরুওইবা পোংখোকতি glass, wire, cramice purs

অসিনচিংবা। Kaarina হায়রিবা মফম অসিদনি ঐনা IX World Championship কী Walking Race কী শান্নরোই অমা ওইনা শারুক য়ারব্বনি। মফম অসি Finland গী মমীং লৈরবা মফম অমনি। মফম অসিদা থাইনাগী ওইবা পোৎচৈ অমদি অকে অমৌগী পোৎ য়াম্না ফংই। মওং তাবা অঙকপানা পিক থন্না লৈবা মফমনি। নৌহৌনা অমুক হায়রন্দ্রবসু পৃথিবীগী ওইনা মীয়াম্না খঙনদুনা লৈরবা মফমনি। য়েলহৌঙেদগী হৌনা Europe হায়নরক্লবনি। য়েংখি য়েংশিবা খুদিংদা লৈবাক অসিগী অরাংপা লৈত্রবা ইংবা তপপা চিংলেম্বা লেমজনিংঙাই ওইবা মফম ওইবনিনা অকে অমৌগী পোৎথোকসু নিংতম্না পৃথিবী পুম্নমক্ত গী হেম্না ফাজবা পুথোকপদা কয়াদা শিংথনিং ঙাইওইরিবা। ঐদি থাগৎতবা ভমলোই চাওরবা লৈবাকশিংদগী Europe হায়রিবা লৈবাক অসিনা চিংলেম্বা হায়বা অসি অদুম ওইদুনা লাক্রমগনি হায়বসে ঐনা ঐগী মোৎতা মণিপুরগী মচা মণিপুরদা পোকচৰি করিসু খংজদ্রবী ঐনা পুম্নমক্তগী হেনবা ওইনা উদবা ভমদে। মীয়াম্না লাক্লে হায়না খনবীবা তারবসু ঐগী ৰাখল মচা অসিনদি লাইরিক্তগী ফংজবা খরা মিৎনা উজবা খরা অসিনা Finland দি লৈবাক খুদিংদগী হেক্লে হায়না লৌজরি। মফম অদুগী লম্বী অদুনা খোংনা চৎপদা ঙাইহাক লেপ্পগী য়েংবদা ইথক নাইনা শেম্বা লম্বী। পৃথীবীগী মনুংদা মসিগী লৈবাক অসিগী লম্বী অসিদা য়েংবদা ঈশ্বরবুসু নুংশিরকই। কয়াদা ফাজখ্রবা কবি চাওবা গুম্বা কবি লৈরম্বা তারবদি Finland গী লম্বী অদুগী মরমদা থাদুনা ইবা মতমদা মীপুম খুদিংনা য়েংনিংবা অমদি মফম অদুদা য়ৌনিংবগী ৰাখনদা তাওদুনা লৈগনি। ঈথক ঈপোম নাইবা ওইনা উরুই চৎপা মতমদনা অসুক্কী মতিক পুক্লিং লৈতনা চিংলেম্না চৎপা ফংজবা শবি শানৌ শিংনা খুৎশম্নরগা চৎমিন্নবা মতমদা নৌজরীবা শাবি শানৌশিংদো লম্বী অদু য়েংজবা মতমদা মীওইবগী তেনখ্রবা পুন্সি চহি ১০০ পুন্সিগবদো কনাসু পুন্সিনদে চহি তেনশক্লি। অদুবু ঙসি শবি শনৌশিংনা লৈবাক অসিগী লম্বী মওং অসিদা চৎপা মতমদা মতম খর শাঙদোকতুনা ঈশ্বরনা পিরকপা চহিদু য়ৌরক্কনি হায়না খঞ্জবা ঙম্মী। শাংসু শাংদোক্কনি মরমদি মীওইবদি থবাই নুংঙাইরবা অমদি শান্তি ফংলবা মতমদা পুন্সী অনি শাংদোকই হায়বসে অখং অহৈশিংনা হায়নদুনা লৈরক্লবনি। লম্বী অদুগী ফাজবা থাবদা লোইররোই, মহাক্কী ফাজবনা অদুম হেন্দুনা লৈরগনি।

লমদম অসিদা লৈরিবা মীওইশিংনা অঙাংশিগী মচাশিংগীদমক্তা মচাশিং অদু তুংগী অফবা মীশক ওইরক্নবা অমদি অফবা চাওখৎ থৌরমগী লমজিং লমতাক ওইবা ঙমবগীদমক্তা অহলশিংনা ফজবা মওংদা তম্মী তাকপিরম্মী। অফবা School শিংদা খন্নগা মমা মপানা মচাশিংবু তমহন্নম্মী মচাগীদমক্তা করম তৌরগা অফবা অঙাং ওইহনবা অসিনচিংবা খন্নৈনদুনা থবক খুদিংমক তৌই। মখোয়গী বাখনশিংদু ঐনা উজবদা য়াম্না বাংবা বাখল ওই। বাখল বাংলিবা মখৈ অফবা চাওখৎপা মীথোই মীহৈনবা পুরকপা ঙমগনি হায়না খঙবা ঙম্মী। খ্বাইদগী মরু ওইবা মীওইবগী বাখললোনদি অঙাং শেম্বা অঙাংবু ফজবা মওংদা শেম্বা তারবদি মীথোই মীহেনবা হায়বা বাফম অসি ককপা য়াদ্রবা বাফমনি। লৈবাক অসিনা ঙসি শিংথানরিবা অসি মখোয়গী অঙাং মওং তনা শেম্নবগীদমক্তা স্কুল অফবা মতিক চানা লিংখৎতুনা অঙাংশিংগী তুংগী ওইরক্কদৌবা ফিভম তানবা শেমলি হায়বসে ঐখোয়না য়েংবদা অদুম খঙবা ঙম্মী। চাওখৎপা লমনা কৈদৌনুংদসু অঙাং শেম্বদা তনবা লৈতে। অঙাংনা লৈবাক অদুগী মপিমপা ওইরক্কনি হায়বসে মখোয়দি অদুম চিনফা পুদুনা লাক্রবনি। মণিপুর স্না লৈবাক ইমা ইবেম্মানা ঙসি চাওখৎপা খরা বাথলিবা অসি অঙাং সেমলবদি অসিগী লৈবাক অসিগুম্না নোংমদি শোইদনা চাওখৎপা থাক্তা লাক্কনিকো হায়না খনবা হৌরক্নম্মী। ঐনা খল্লি ঐনা মণিপুরদা থোরক্নগা খুঙ্গংশিং অসি শেমলুরগে হায়না খনদুনা বাখল সিনা মণিপুরদা অদুম লৈবাদৌনা খল্লকই। কালিটি ইদুকেশন ফংবা ঙম্নবা ভাক্তনা পিক থন্না লৈরবা লৈবাকতুনা চাওখৎপগী থাক্তা অদুম য়ৌবা ঙম্মরি। অঙাং শেম্বগী নিয়ম অদু মফম অদুদা য়াম্না চাঙনা লৈহৌবসে লায়না উবা ফংই। Europe তা অঙাংশেম্বদা অকনবা থৌদাং লৌরিবা অসিনা পৃথিবীগী ওইনা মীংচৎ অফবা ওইবা তাবনি। ঐখোয়গী ইমা লৈবাক নুংশিবী নংগী অফবা ওইহন্নীংবদগী থম্মোয়দা ইথক ইপোম হৌরকপদগী বাখল লৈতাফম খংদবমখৈ থম্মোয়দা শাফু য়ৈরকপদগী করম্না ফাথাবা ঙমগনি খনবা হৌরক্নম্মী। মখা থংবা শরুক্কী মফম অদুদা য়েংথোকখিবা মতমদা উরকই অহল লামনশিংগী Nurse Training, Social Training, Education গী মরমদা Train তৌনবা কয়ামরুম থমলম্মী, অঙাংদা নৎতনা অহল লমনশিংগী Training তৌফম ফাওবা ফমদুনা

মীয়ামগীদমক্তা ফন্নবা হোৎনবীদুনা অকাবা থাক্তা পুথৎনবা হোৎনবদা থৌনা লৈনা হোৎনবা লৈবাক্নি। Training তৌদুনা তাকপী তমবিদুনা মীপুম খুদিংমক অফবা লম্বীদা লমজিং লমতাকপিদুনা মী অমা ওইনবা হোৎনবীদুনা ফন্নবা খুদিংমকসু তম্বী তাকপীনবগীদমক্তা Training Centre মতিক চানা থম্বীরি। Kaaria দা য়াম্না য়াওবা Egg Packing House লৈ। চাওখ্রবা য়েরুম পেকেটিংগী থবক অসিদি অঙকপগী মশকনি। য়েংবদা ঙক্তনিংঙাই লৈতে। মীপুম খুদিংমক অয়েংবা খুদিংমক পুমঙক ঙকখি। হায়ফম থৎদনা ফাজম্রবা Egg House অদুদা থোকপা পোৎথোক অদু মখোয়গী চাবা ওক্নবা মতুংদা অরেম্বা অদুনা Japan, Canada হায়রিবা লমদম অসিদা থাদোকই। Egg শিং অদু অদুকী মতিক য়ামথরে। য়াম্না চাওনা লৈখ্রবা Egg Packing House নি। Kaaria গী য়াম্না ঙকপা অমনা য়ুমথোং খুদিংগী Club ওইননবা তোঙানবা কা অমমম্ তপথোকনৈ। ছুটি নুমিৎ খুদিংগী লমদম অদুগী চাওখৎ থৌরাং মরু ওইনা Sports, Culture, Physical Training গী মরমদা থম্নৈনে। অতোপ অতোপপা চৎথোক চৎশিনগী মরমদা ঈশিংগী মরম নোংথকী মরম অনি অসি মরু ওইনা শিজিন্নে। নোংথোকী মরমদসু য়াম্না খুদোংচবা ফংই। ঈশিংগী মরমদসু য়াম্না চাওথোকনীংবাগী মরমসু ঐখোয়না ইঙান ভাননা উবা ফংই। খুদিংমক্তা মদুম অফবা ভাক্তা উবা ফংই।

International Market - Finland গী Market তি হায়নিংঙাই লৈতবা মথৈ মঙং তাবা ওইরম্মী। পোৎ খুদিং মমল থারগা থম্মী। য়েংখিবদা মঙং তানা থম্বা কৈথেল ফম্বা মীদি মফম অদুদা লৈতে। ঐখোয়না পোৎ অদু পুরক্লগা থোরকফম অদুদা থম্নবা টেবলওম্বা অমা লৈরম্বা অদুদা থম্বা মতমদা পোৎ অদুগী পৈশা মশিং অদু ইরকই। ঐনা চৎপা মতমদসু থোং থাংলগা চৎতে লৈবাক অদুনা অদুম পোৎ লৈফম অদুদা চৎলি। International Market অদু অসুকী মতিক ফজে য়েংবদা মীৎ-না থকপা পোকই। Standard লৈবা মফম অদুদা পোৎ লৈবা চৎনুবগী মতুংদা ঐনা খনখি করম্বা চহিদা করম্বা মতমদা ঐখোয়গী লৈবাকসু মঙং অসি মানবা ওমলকনি। অদুবু চহি ৬০ গী মমাংদা মনিপুরদা য়ুম অমতা [illegible]রমদে। য়াম্না লম্না লমা ইনা কুপলগা

শারম্মী য়াম্না চাওখৎলমদে। কৈথেনসু ফাজনা শারমদে য়াম্না মওং চান্দনা লৈরম্মী। হায়বা গাড়ীসু মাক্যা মণিমাগী ভান অমা থক্তং মণিপুর হায়বা লৈবাক অদুদা থৌবা উরম্মী। করিগুম্বদসু চাওখৎপা থাক উবা ফংলমদে অদুবু হৌজিক্তি ঙমখৈ লৈতনা চাওখৎপা উবা ফংলে। অদুনদি চহি ৬০ —৭০ রোমগী মতুংদদি শোনদনা Europe Country গা মান্নবা থাক্তা লাকনি খঙখি। চাওখৎলকপসি অওনবা লাকপদগী চাওখৎপসু হেনগৎলকপনি হৌজিক ঐখোয় মণিপুরনা খংহৌদনা চাওখৎলক্লিবা অসি অওনবা পুরক্লবগীদমক অকনবা ইহৌ অমা লাকপদগীসু চাওখৎলকপনি। অওনবা পামদ্রবা লৈবাক্লা কৈদৌনুংদসু চাওখৎপা য়ারোই। Market অদুগী মথক ইথং থংবা অদুদা পোৎ অপাম্বা লৈনিংদুনা য়েংলুবা অদুদা রাখল অদু খল্লকপনি।

মথং নুমিৎ অদুদা অমুক Open Marker তা চৎলম্মী। মফম অদুদা অসুম চংলকপদা উবা ফংলম্মী পোৎ য়োনবা য়োনবীশিং পোৎ য়োনবা মীশিংদো কার অমমম্ তোংলগা লাক্লগা কারদো মশা ফন্দোক্লকলে মখুৎ মশা হায়দোক্লকলে অদুগা মখোয়না পুরকপা পোৎচৈদো গাড়ী অদুদা থারগা অদুম য়োক্লি। অরৈবা মীশিংসু অদুম পোৎচৈ চানা-থক্লবা, শেংনা -চানবা ফিরোনশিং অদু অদুম মমল ঙাংনরগা লৈরম্মী। ঐসু মফম অদুদা অপাম্বা পোৎ লৈরকই। ম্না নাদা য়ান্নবা অমা হংলুবদা মখোয়গী পৈশা লুঃ ১০ হায়রকপা অদুনা পাদুনা য়েংলুবা মতমদা ঐখোয়গী পৈশা লুপা ৮০ ওইরম্মী। য়াম্না ফজৈ মখোয়গী লৈবাক্কী পোৎয়োন চৈয়োন অদুম থাগৎনিংঙাইনি। মখোয়গী পোৎ লৈবদা হল্লকপা পৈশাশিংদো লোইনা চেরেৎ চেরেৎ লাওই অমনবা অমতা য়াউদে চেদো য়াম্না ফৈ প্রাস্তীক হাপপাদৌনা তৌই। মখোয়গী পৈশাদো পাইবদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমা পোকই। করম্বা চেনা সাবা পৈশানো খনখি মতম অদুদা। মতম অদুদা ঐনা খল্লি চাওখৎপা লৈবাক্লা ঙসি সিজিন্নরিবা পৈশা ঐখোয়গী India গীনা সেগাইবা পৈশা ওহোক্লা খেন্নখরেদকো। ঐখোয়গা মীগা খেন্নবা অদু খল্লুবদা থম্মোয়দা নুংঙাইতবা পোক্লকই অদুবু চাওখৎপগা চাওখৎত্তবগা মান্নবা য়াবরা ঐখোয়সু নোংমদি চাওখৎলক্কনি খনবদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা অসা অমা শাগৎলকপদগী স্বর শাংনা হোনদোকতুনা থম্মোয়

ফাজিনখি। ঐসু থম্মোয় নুংনাংবা থমদনা মখোয় Finland গী নুংঙাইবা অদুদা শরুক য়াম্নিন্নদুনা মতমদু নুংঙাইনা লেনখি।

মালয়সিয়াগী খোঙচৎ —

ঙসিদি খংনিং নিংশিংলকই, য়েংই কৌলালামপুর ষ্টডিয়ম মেন ষ্টেডিয়মগী মচু মান্নদবা অশংবা, শংবান্নবা, হেন্নজন্না শংসনবা, য়াউথাংনবা মচু কয়ামরুমনা লৈতেংবা নিংখিজরবা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না পুক্লিং হুরবা ফিদম্নফম ওইরবা ফজখ্রবা লমদ অদুদা ঐহাক অসি হৌজিক মালয়সিয়া হায়বা কন্থ্রি অদুদা অদুম লৈবগা চপ মান্নরে। মায়কৈ খুদিংমক হায়বদি মিৎয়েং খুদিংগী মিৎফম হোংবা ঙমদবা মখৈ নিংথিবা, মাইকৈ খুদিং নিংথিবা, মাইকৈ খুদিংগী মীওইবগী আম্মাবু চিংসিন্দুনা কয়াদা নুংঙাইবা, নুংশিবা পিদুনা শান্নরোই খুদিংমকপু গুমহৎপা ঙম্বা, মতম অদুদা ঐনা খনখি মসিবু স্বর্গ হায়বদুরা মতমদো মিনিট ১ রোম লৈরবা তুংদা ঐহাক জ্ঞান তারক্তুনা এ মসিদি মালয়সিয়ানি হায়বা লম অদুনি ঐহাক মফম অসিদা পার্টিসিপেট তৌবা লাকপনি হায়না, খরা খিক্তুং চৎলগা, swiming pool অমা লৈরম্মী, মফম অদুদা লৈরমলিবা পুল অদুনা ঐহাকপু খঙহৌদনা হায়বদি মাগী শক্তি অদুনা, করিসু খঙজদ্রবী পাঙ্গল শোল্লবী ঐবু শক্তী অমগা লোয়ননা চীংশিনলম্মী। অকি অখং লৈতনা, ঐহাক চহি য়ামলে অহল মতম ওইরকলে হায়বা কাউথোক্তুনা I am fifteen year young হায়বা য়াফমগা লোয়ননা swiming pool অদুদা ফন চোংথরম্মী। মসিনা তাকপদি শাম্নবনা মতম লৈবা খিবিক্তা চহি নৌরিবোয় হায়না মতম লৈবা খিবিক্তা খল্লি। শান্নবসিনা নিয়ম চুম্না লৈবা তারবদি চহি ১২৫ দি পুল্মি। মতম অদুদা ঐহাক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। ঈশিং অদুসু ফজখ্রবা লুরবা মচু লৈতনা ঈশ্বরনা শেম্বা মপান নাইদনা হায়বদি চাংদমনিংঙাই লৈতবা পোৎশক অমাগুম্না উই। পুল অদুগী অকোইবদা লৈরিবা লৈকোল, মচু মচুগী লৈ খিবিক্লা ঐহাকপু নোকলা নোকলদুনা তরাম তরাম্না কৌরকপদো ঐগী থম্মোয়না যোমোন নোক্তুনা ঙক অসি অদুম হায়দুনা নোমদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা ঐহাক্কী হকচাং অসি শিংলি ২৮ দং শিজিন্নৈ সুকথবা মতমদনা শিংলি ৮০ দং শিজিন্নৈ।। শিংলি য়াম্না শিজিন্নদ্রবনিনা

হকচাং অসি তেকথংলকই, অসুক ফজবা চাউখৎপা, ইমা মনিপুর করম্বা মতমদা ইমা নংগা মীগা মীমান্নগদগে থনবদা নচাদি নুংঙাইরবা মফম অসিদা অরাবা কোকথোকনদুনা মিৎতা পিরাং শিন্থরকই। মতম অদুদা ইনাওনা ইচেম্মা কৈদৌরে কপ্পবদি হংলক্রম্মী।

কৌলালামপুরদা লৈফমগীদমক য়াম্না মরাং কায়না লৈ। মফম কয়াগী ইন্টরনেসনেল লকজরী হোটেল নিংথিজনা অমদি ময়াই ওইনা হোংবা হোটেল কয়ামরুম মওং তানা ফজবা মওংদা লৈ । অমদা হেক্তা লৈরুবদা মালয়সিয়াশিংগী মীকৌ মীরম ফজবা ঐখোয় অসি মনিপুরদগী লাকপনি হায়বা ফাওবা কাওথোকপা ঙম্মী। ঐখোয়গী তোপতোপ্পা গুণ অমা চেল্লি। মীওইবগী ঈশ্বরনা পিরকপা গুণশিং অদু মখোয়গী অদুদা লৈরল্লিবা মাওইশিং অদুদা অদুম য়াওই। মুসলিমগী হোটেল ওইরবসু মখল মথেলগী চিঞ্জাকশিং জপান, চিনা, কারেলানচিংবা রেষ্টুর্ন কন্ত্রিগী লোইনা শুনা ফংই। ওপন এয়ারদা ফমদুনা চানা থকনবা মওং তাবা চিঞ্জাককী ষ্টোল কয়াসু লৈ। অসিদা নত্তুনা সোপ্পিং কমপ্লেকসশিংদসু চৎলগা চৎলগা য়োনবা ( মীনা ) মালয়সিয়াগী ওইনা চিঞ্জাক কয়ামরুম মরাং কাইনা ফংবা ঙম্মী।

মতম চুপ্পা নুংঙাইথোকপা, মতম লেম্নবা মফম কয়ামরুম কোলালামপুরদা লৈ, চৎথোক চৎশিনগীদমক্তাদি টেক্সি অমসুং বস মরাং কাইনা লৈবা মরম্না হেক্তা লানাইগী ওইনা হায়বা য়াই। ইশাগী টেক্সি লৈত্রবসু মখোয়গীদি অদুম ব্বায়রগা শিজিন্নবা য়াই। মতম অসিদা ঐখোয়গী ইন্দিয়াগী লমদো নিংশিংলকই। মখোয়গী দুকান্দুদা ষ্টুডিওগী দুকানশিং অদুদগী কেমেরা ব্বাইরগা নোং ঙাক্লগা অদুম পিরম্বা য়াই, ঐখোয় মনিপুরগা খেন্নবা অদুদা নিংশিংলকপগী ব্বানি। মালয়সিয়া হায়রিবা লমদুগী মফম খুদিংমক্তা টেক্সি ব্বায়বা হেক্তা ফংই। ফোন তৌরগা ঐগী লৈফম অসিদনি হায়রগসু অদুম পিক অপ তৌরবা য়াই। বস অসি কোলালামপুরদা মখল অনিগী বস লৈ মদুদি বস অচৌবা , মিনি বস অসিনি।

য়েংবা য়াবা ফজবা মফম খুদিংগী চৎথোক চৎসিন তৌবদা করি অমত্তা খুদোংচাদবা লৈতে অদুম লনাইগী ওইনা শিজিন্নবা লমদম অদুগী চাওরবা

গুনশিংদো শিংথাবদা লোইবা ওম্বা লৈররোই। মুসলিম মী ওসি পৃথিবীদা অসুক য়াম্বা গুন লৈবসি মালয়সিয়া হায়বা লৈবাক অসিদা উবা ফংই। টেক্সি ষ্টেনদগী নহত্রগা লম্বী নাকলদগী অয়াম্বা মতমদা বায়নিংবা মতমদা হেক্তা বায়বা য়াই। য়েংবা য়াবা কোলালামপুরদা লৈবসিংদি নেসনেল জু অমসুং একারিয়ম লৈ, মফম অসি সিটি সেন্টরদগী কিমি ১২ চৎলগা লৈবা লেবুহ্ এ পাং হায়না কৌবা মফম অমা লৈরম্মী। হেকটর ২৬ পাকচাওনা লৈবা উমং ওইনা লৈবা মফম অসিদা পাৎ অমগা লোইননা মখল কয়াগী মালয়সিয়াগী উ-বা হৈ-লৈ, নাপী শিংবী কয়া মখল শুনা হৌবা অমসুং পৃথিবীগী মফম কয়াদগী শা উচেক মখল কয়া থম্মী একারিয়মদনা, সমুদ্রগী ঙা মখল ৭০০ মুক য়োকতুনা থমই। য়েংবদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবাশিং উবা ফংই। শামু, উট তোংবা য়াই, গথানা চিংবা গাড়ীসু লৈ। মখল মথেলগী শাগী কান্নবা ফংই। ফজথ্রবা পুক্লিং হুরবা মীওই খুদিংমক চিংসিনবা ঙম্নবা নিংথিজরবা পাৎ অমা লৈ। মদু মফম অদুদা হি কয়া তোংদুনা শান্নবা য়াই, লৈবাক কয়ামরুমদগী লাকপা মীওই কয়ানা হি অদু তোংলগা মতম লেনবা নুংঙাইবা ফংবা ওম্মী। পাৎ অদুগী মনাক্তা ফজথ্রবা লৈশু মচু মচুগী পুক্লিং হুনা নোকখেদুনা শাৎলি।

মথংদা নেসনেল একসিয়ন, মালয়সিয়ন দ্রিম ফোর্সেস মিউজিয়ম য়েংবা য়াই। নেসনেল মিউজিয়মদা মালয়সিয়াগী অরিবা পোৎ চৈশিং মওং তানা লৈ। মালয়সিয়াগী আর্ম ফোর্সেস মিউজিয়মদা য়েকপা লাই কয়া অমসুং মালয়সিয়া লাম্মীশিংগী লানগী খুজু খুলাই কয়া অমসুং য়ুনিফোর্ম কয়া উৎলি। পেস্টাই মিঙগৌ হায়বা মফম অসিদা নোংমাইজিং খুদিংগী নুংথিল পুং ৪ দা মালয়সিয়াগী জগোয়, ঈশৈ অমসুং মালয়সিয়া মার্সেল আর্ট কয়া উৎলি। মফম অসিদি অহাংবা লম্পাক মচা অমনি।

পি রামবু মেমোরিয়েল হায়বা অসিনা মালয়সিয়াগী অফাওবা একটর, সিঙ্গর, ডাইরেক্তর অমদি ফাগীগী কমেডিয়ন অমসুং কম্পোজর ওইথিবা আর্টিষ্ট অমা থকী লৈফম ওইরম্বা ময়ুমদা মেমোরিয়েল ওইনা ওহোকপনি। মফম অসিদা ঈশৈগী জন্ত্র কয়া, রেকোর্ড, টৈপ অমসুং ফিল্মগী খুৎজু খুলাই কয়া, এবার্ডস, চে চাং অমসুং থাগী পার্সেল পোৎচৈ কয়া থম্মী।

লাক গার্ডেল হায়বা অসিনা জাপান টিন পেরিক হায়বা মফম অসিদা লৈ। হায়বীবা মফম অসিদা চৎপাদাগু লৈ কয়া হৌবা গার্ডেন কয়ামরুম উবা ফংই। লৈগুখিবিক অদুনা ঐখোয়বু তারাম্না ওকখি। মখোয়সু মখোয়গী মালয়সিয়নশিংগী ওইবা লমচৎ হায়বদি, ঐখোয়বু হেক উবদা মখোয়না মকোক নোল্লগা থেঙয়ু হায়না নোনবা অদুগুম্না লৈগুশিং অদুসু অদুম তৌই। লৈবাক অদু চাওখৎলবা অমদি জ্ঞান তাবা লৈবাক ওইরবদি মখোয়গী অদুদা লৈরিবা জীব খুদিং মখোয়গী মওং অদু লৌবা তাবনি। মরম অদুদগী লৈশিং অদুসু মোমোন মোমোন নোক্তুনা ঐকোয়বু কৌবগী মওংদৌনা তৌই।

লম্বী অদু চৎনা চৎনা ফজখ্রবা নেসনেল মোনুমেন্ট অমসুং পালির্য়ামেন্ট হাউস উবা ফংই। ঐনা চাউরাকনা দোলান মখোন অদু মশিং থিরকপা মতমদা মথোল ১৬ রোম শুরম্মী। বিল্ডিং অদুগী অকোয়বদু অশং অমান লৈগুনা মীৎফম হোংবা য়াদবা মখৈ পরেং পরেং হৌরি। কার অমা তোংলগা ওজা ফালগুনিগা চৎমিন্নবনিনা ঐনদি য়েংদুনা লৈনিংবা মানদি চৎনিংবা মরম অদুদগী ঐগী মীৎ অসিনা পার্লিমেন্ট হাউসকী মনাক্তগী ফজবা অশং অমানশিং অদু য়েংদুনা খোংনা নাকলদা থাংদুনা চৎলম্মী। মখোয়গী গাড়ীশিংদো মশিং য়াম্মী, অমগী মথংদা অমা অমগী অমা ঐদি গাড়ীশিংদো মশিং য়ামনখ্রদুনা করিগীনো অসুক য়াম্লিবা অসিবো ওজা ফালগুনিদা হংবা মতমদা মিনি য়ু এস এ নি মালয়সিয়াসে হায়রম্মী ঐঙোন্দা তাকপীরম্মী।

নুপীনা লোইনা খোংগ্রাও অচোনবা অককপা শেৎলি। মৌগুম্বনা ফী অমুবানা মকোক হায়রপ কুপ্পী। মেডী শেৎলি। মখোয়গী এয়ার হোষ্টেসনা শেৎপা অদুদি ঐনা অসুম পৃথিবীগী মফম খরা চৎচরুবনিনা মখোয়গী ফিজেৎ অদুনা পৃথিবীগী মনুংদা ফজবা তমজনিংঙাই ওইবা ফিজেৎনি হায়নিংই। মালয়সিয়াগী চিঙাকতী শানা তল মপাক শারগা চাই। য়েনশাংদি মখল মথেল য়াম্মী। শান্নরোয়শিংদু হামেং মতুমশিং পিজে।

শান্নবগী অরোয়বা নুমিৎতা ইন্টরটেমেন্ট প্রোগ্রামদা পাক চাউরবা হোল অমদা তৌরম্মী। মদুদা মখোয়গী মালয়সিয়াগী ঈশৈ নোংমাইশিং শক্তুনা জগোয় শাদুনা ফজবা অদু উৎলি। মতম অদুদা ইন্দিয়া মচাশিং অদুনা চংলগা

লৈগী ফুল অমা প্রজেন্ট তৌবা চংবা মতমদা জগোয় শারিবা নুপী মশক ফজবী অদুনা ইন্দিয়া মচা অদু চিংশিন্নগা ডান্স তৌমিন্নখি। মখোয়গী মওং অদু য়াম্না ফজবা বাখল খন্নমগনি হায়বসে ঐহাক্না নিংই। মখোয়নদি চাউখৎপা থাক য়ৌরবনিনা পৃথিবীসি অমতনি ইমা অমতগী মচানি হায়বা অসি মখোয় খুদিংমক্কা খনবা ঙম্মী।

Oneness of God. Oneness of Religion. Oneness of Mankind. World is one country, mankind is its citizen. হায়বা বাহৈ অসি ইন্টরনেসনেল রিলিজন ভাহাই ফেথনা পুখোক্লম্বা অসিগুম্বা অমাত্তা ওইনা পুনশিনবা মীওই জাতি অমতনি, ঈশ্বর অমাখক্তা ঙাইবা অদুগী মচানি ঐখোয় খুদিংমক হায়বা অদু খনবা ঙম্বগী বাখলদো মখোয় মালয়সিয়া মীশিংদা লোইনা বাখল চেনবা ওইনা উবা ফংই।

**দিল্লি খোঙচৎ, ২০০২**

ফাজখ্রেদা নুংঙাইখ্রেদা হে দিল্লি। মফম মফম খুদিংমক য়েংবদা য়াম্না ফাজে। ফুরা দালাননা বাংলিবা য়েংবদা পুক্লিং ইংনা নিংথিজে। চংউ চংউবা মফমদা মীওইবা খুদিংলোইনা ফারম্মী। মফম খুদিংগী লৈরমলিবা মীওইশিংদো জাৎ অমতা তিন্নদে। পনজাপতগী মীওই অমনা চেক্কী য়ুম অৱাংবা অমা শারম্মী মফম অদুদা জাৎ মাননদবা তোঙান তোঙানবা তাইবং মীওই ফেমিলি ফেমিলি লৈরম্মী। মফম অমদনা মণিপুরীনা চাওরবা চেক্কী য়ুম অমা শারম্মী মফম অদুদা ডাক্তরগী মরমদা Hospital ওইরম্মী। Plot সু লৈগেরা হায়দুন পোসটর চাওনা চাওনা থেৎলম্মী। মণিপুর মচাসু মশিং খঙদনা ভারাদা লৈরম্মী ভারাগী মপু অদুনা U.P. দগী লাক্লগা Delhi দা লৈবা ওইরম্মী। দিল্লিগী মনুং মপাল লোইনা য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইবা অমা পোকই। মী অমতা লেন্না অৱারদা নোক খেদুনা লৈবা উদে। থবকখক্তনি মখোয়না মথারাই য়াউনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা শুনোমদুনা লৈরিবা। জাৎ মান্নদবা মীওইশিং মুসলীম, পানজবী, বিহারী অসিনচিংবা পৃথিবীগী জাৎসুনা থবক কন্না নোমদুনা দিল্লিদা লোইনা খুনতাদুনা লৈ। হায়রিবা মীওইশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী State তগী লাক্লগা School, College, Primary School, Higher

Secondary School, Hospital মশিং খণ্ডদনা মফম মফম খুদিংদা লিংখৎলি State তগী লাক্লিবা মীওইশিং অসি মী অমবু থোইনা য়েংলুবা তৌদনা মখোয়গী তৌগদবা মথৌদো অদুদং মপুং ফান্নবা তৌদুনা লৈ। মীওইসু লোইনা ফৈ। ফৈ হায়বগী মরমদি লোইনা শিংই। নাক য়েং খংনা লোইনা চৎলি মী কুংনা তারবসু, গাড়ী কুংনা চৎলবসু জ্ঞান তানা চৎপনি জ্ঞান তান্না থৌবনিনা অশোক অপন থোইনা থোকতে। মীওইবগী হিংনবগী খোংফমদা থবক অমা থিবা মতম খরা কন্না থিরবদি থবক অমা হেক্তা ফংই। কন্না থীমনবদগী মৈতৈ মচা কয়া মরুমসু থবক অদুম ফংদুনা লৈরম্মী। মখোয়দা থোইনা মীচং মীখাই নাইবা লৈতে, ফরবদি Qualify ওইরবদি অদুম থবক পী। Govt. ওইরবসু Private ওইরবসু য়াই। অতোপপা মফম মফমদগী লাকপনিনা মীওই খুদিংমক লোইনা ফৈ। ভারত অসি মুসলীমনা পাল্লম্বা ওইবানরা খংদে, শিংবানরা খংদে মপুক্তী মুসলীমনা ইফা ফৈ। য়াম্না শিংই। মখোয় শিংই হায়বসে য়ানিংবগী মরমদি সেনেমাদসু মখোয়না অদুম মরু মরু ওইনা Part লৌবা হেক্তা থেংনজৈ। Delhi দা লৈরিবা মুসলীমশিং অসিদি য়াম্না থাক ৱাংবা মফমদগী লাকপা ওইনা তৌই। পাক চাওরবা ভারতকী কোনুং অসিদা লৈরীবা মীওইসিং অসি দিল্লি মচানি হায়বদা চাওথোকনিংঙাই ওইরে। মতম অসিদা অৱাংবা থাক্কী অৱাংবা ৱাখল ঙাক্তনা করম তৌরগা অঙাং শেমগনি। করম তৌরগা ঐখোয় ফাগৎকনি হায়বা ৱাখলগা লোইননা থবক কন্না তুম্বা চাবা থাওইদনা কন্না নোমজৈ।

Delhi গী নোংপোক নোংচুপ খা-ৱাং লোইনা য়েংবদা ফৎতবা লৈতে। কদায়দনো ফৎত্রিবা অসি মুন্না য়েংবা মতমদা কনা ওইরমদরে। রাজনীতিদা তাউদুনা লৈজবা Delhi দা লাক্লগা Government শেমজবা, Delhi Government হায়বা অদু ওইরমলে। অদু দিল্লি Government পায়রিবা মীওইশিং অদুতানা ঐখোয় প্রজা পুন্নমকপু হাৎনবা হোৎনবা ওইরমলে। অদু দিল্লি Governmentদি ফৎত্রবরা হায়বদো খন্ননিংঙাইনি। মখোয়দি হায়রীবা মখৈ পিরগে হায়দুনা লৈজরীবনি অদুবু মণিপুরগী রাজনিতিৱালানা লোইনা শোইহনবনি। ঐগী ঈনা ঐখোয়বু মাংহনবনি Delhi দা অশোইবা

লৈরমদরে। তান্নিবা শোইদনা পিরকনি হায়বদি ঐখোয় Government না তৌবা চালাক ঙাক্তা ওইরমলে।

Budha Bihar হায়রিবা Delhi গী মফম অসি মতম খরগী মমাংদা য়ুমকৈ খরা লন্না খরা চাওখৎপা ঝাংনা লৈরমরবসু হৌজিক 21st Century অসিদদি দোলান মখোল ১০ —১০ মুক ঝাংনা চগুংননা মওংতনা চাওখৎপগী থাক্তা লৈরে। হায়রিবা মওং তাবা Building অসিদা সেকুরিটিশিংনা ফাজনা ঙাকশেন্দুনা লৈবা মরমনা মীচংবা পাক পাক য়াদ্রে। কৈথেল্সু মওংতনা অদুম লৈ।

Basankunja হায়রিবা Delhi গী শরুক অসি Goutam Nagar দগী Kilometre ২০ মুক চৎলগা লৈবা লমদম অমনি। মফম অসিদা চৎপা মতমদা লম্বীগী নাকল অনিমক্তা পুক্লিং হুনা ফাজবা উ হৌবা, পরেং পরেং ওইনা উপাম্বীশিং হৌবা অদু য়েংবদা অসুক্কী মতিক হায়নিংঙাই লৈতনা ফাজবা মহৌসাগী খুৎশেমগী হৈকোল লৈকোল য়েংবদা মীৎফম হোংবা য়াদে। মহৌশা লাইরেম্বীনা তৎতনা খুৎলাম তোইনা ঐবু কৌরকই। উপালশিংনা কোইসল্ল গা, নাপি অশংবাশিং হৈ-লৈ কয়ামরুম্না মিৎফম হোংবা য়াদবা মখে ঐগী তুংলোমদা কন্না কন্না লমজেল য়াংনা য়াংনা, চেনখিবা মতম অদুদা ঐগী থম্মোয় খংহৌদনা মীৎতা ইরা চেল্লকই রুমান্না পি তৈথোক চৈ। মহৌশা লাইরেম্বীগী শকফম য়েংবদা থম্মোয় মচেৎ তানা কাইখি।

Mangolpuri হায়রিবা ভারতকী নীংথীজরবা মফম New Delhi হায়না খংনবা মফম অদুগী চাওখৎ থৌরমশিং ময়াম অদুবু য়েংবদা থম্মোয় পেনজখি। E.I.S Dispensary Hospital দি অসুক্কী মতিক ফাজে মিংচল্ল বা Register তৌরবা মীওই খুদিংমক লেম্না য়েংবীবা লেম্না হিদাক লাংথক পিরিবা হায়বা থবক অসি চাওনা নোংমাগী কাইদনা চৎথবা লম্নি। পুকচেল য়াম্না চাওবা সরকার লৈমাক্লে হায়না ঐনা খল্লি। Dispensary Hospital অদুদগী খজিক্তং চৎলগা Open Market লৈরিবা অদুদি পোৎচৈ চানা-থক্লবশিং য়াম্না হোঙই। লুপা অনিগী ইনসাং লৈবদা নোংমাগী চারা থোংবা ওকই। ঐখোয় মনিপুরগীদি লুপা ১০ পিবা মাপুল অমনা চারা ফাদে। মফম

অদুদি য়াম্না হোঙই। ইনসাংনাশিদো মখলসুনা য়োম্নী। পৈশা য়াম্না চংদে পোৎচৈ মীওইবগী শিজিন্নবা পুম্নমক য়াম্না অহোংবা মমলদা ফংই পোৎসু ফৈ। ভারতকী State খুদিংমক্কী মীওই খুদিংমক্তা খুন্দদুনা লৈবা Delhi নিনা Factory কয়ামরুম লৈরিবা মাখল মখেল ময়ামদো তোঙন তোঙানবা State তগী মীওইশিংনা মাপু ওইনা লিংখৎপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মীওইশিং য়ুমলোম্নদুনা লৈরীবশিংদো য়ুমনাক অমতা মান্নদে। তোঙান তোঙানবা মফমদগী লাকপা ঙাক্তা ওইরবসু মখোয় খুদিং মাপুকচেল চাওই য়াম্না Discipline অমগা লোইন্ননা নুংশিনৈ। মীদি য়াম্না ফৈ অয়াম্বা Knowledge লৈবা ঙাক্তা ওই। মীওই খুদিংমক চান্না চিন্ননা নুংশিনবা উৎলি।

Esupsalai - Golden Nagar অসি মাইয়োক্লনা লৈবা লম অমনি অমনা লম্বী অচৌবা অমনা থাইদোকপা ঐখোয় মণিপুরগী শগোলবন্দ ইরিপোক অসি তুরেন অমা থাইদোকপা অদুগুম্না তৌবা New Delhi হায়না অদুম হায়নৈ। গৌতম নাগর হায়রিবা লমদম অসি মওং তাই গৌতম নাগরদি Sport কী মতাংদসু মখোয়গী লমতু অদু ফজে ফাজবা ঙাক্তনা চনদনা লৈবা মফমনি। মফম অসিদা শানাবুং মারাং কাইনা লৈ। অঙাংশিং অমদি অহলশিংনা নুতীগী Exercise তৌদুনা মফম অদুদা হকচাং ফাগৎনবা হোৎনবা চৎতনা উবা ফংই।

Esupsalai অসিদি পাকচাওনা য়েংলকপদা মওংতনা ফজবা লমদম অমা ওইনা উই। সেনেমাগী জগোই শাবানচিংবা নুপা নুপীশিংগী কাদুনা মিংশেননা লোইনা ফক্লাং ওইবা কা কয়া মরুম লৈ। অসিগুম্বা নিংথীরবা কা অদুদা Film Star শিংনা থেক্লা থেক্লা জগোয় খুথেক মওং মওংগী তাহ্লাগা চান্না লৈনা লৈনা হায়না হুম্না জগোয় শাবী আপসরা হায়বদো মসিদা সাথেক তৌরিবী তৌরীবা অসিগা মওং মান্না শারমগদ্রা হায়না খনদবা ঙমদে। মীওইবগী পোক্লকপদা মাগী মাগী হৈনবী শাথেকশিং অদু মওংতনা ঈশ্বরনা পীথোরক্লুনা হৈজা হৈজবা খুথেক পুথোক্লুনা নিংতম্না হায় হুমলি। অয়েংবা খুদিংমক্কীসু মীফম হোংবা য়াদবা মথৈ ফাজবা শাথেকনা হায় হুমলি। দিল্লিদী অইন অমগী মখাদা য়াম্না চেকশন্না চৎলগা, নিংতম্না হায়না হুম্না মীওই খুদিংমক নুংঙাই

মরাং কায়না অৱাবাবু তুংদা থমদুনা নুংঙাইবা অমদা তাঙদুনা জাং তিন্নদবা মীওই খুদিংমক্কী থম্মোয়দা চাওথোকচনিংঙাই ওইবা লমনি। য়ুম অমগা য়ুম অমগা থংনরীবশিং অদু অমনা আসাম্মী, অমনা বিহারি, অমনা বেংগলি, অমনা পনজবী অমনা নেপালি, অমনা মরৱারি অসিনচিংবা মীওইশিং অসি য়ুমথংনা থংনদুনা অদুম মরৈ। খংনা চৈনবা লৈতে য়াম্না Standard ৱাংনা তিন্নদুনা অদুম লৈমিন্নৈ। Esupsalai হায়রিবা লমদম অসিদি Delhi গী তমজনিংঙাই ওইবা লমদমনি।

খোংজোংগী নিংশিং ফুরা য়েংলুবদা—

ঙসিদি খোইরাংই খোংজোমগী নিংশিং পুরা য়েংনিংলকই চৎলি ঙসি তাং ২৪ থাংজা নুমিত্তা ঐগী নুংশিখ্রবী দেবলাগা। কংলৈপাক অসিদা মমা লৈবাকপু নিংজবা মমাবু নুংশিজবা মমাগীদমক্তা থৱাই থাবা ঙমগদৌবা, থাংঙেশেংনা মমা লৈবাকপু নুংশিজবা কংলৈচা লিশিং লিশিং কয়ানা চৎথরক্লীবা অসুক ফাজখ্রবা অথৌবাশিংদা হৈকৎ লৈকৎ তস্বাগী থৌরম অসি কয়াদা তমজনিংঙাই ওইবা। নুংশিখ্রবা লমদম লমনুংশি চীংনা লোইরোই লোইরোই কাখৎপা অৱাবসু লৈতবা নুংঙাইবা তনা মীপুম্বগী মাইথোং মকা লামহনবীবা। ফাজৈ খোংজোম তৃথা চেল্লীবা মপুক তপপী তৃথা অশেংবী। ইংবা তপপীদা য়াম্না ইংনা শান্তি লৈনা চীংলেমনা চেল্লীবা। চেনবগী শকতমসু মান্দবা, লেংদনা লৈবগী শকতমসু মান্দবা। ঈশ্বরগী আর্মিতানা থন্না চেল্লবী হে নিংথীবা। ফাজৈদকো নংগুম্বী লৈতেকো পুকচেল তম্লী।

কয়াদা ফাজখ্রবনো ! খোংজোম খোংকাপ ১১৮ লোম কাখৎলবা মতুংদা লৈরমলিবা অথৌবাশিংগী নিংশিং খুভমদো খোংজোম লান্দা তৌরমগদৌবশিংদু ঙাইহাক ৱাখননা লামলুই। খংহৌদনা ইশা পুম্বা নুংশিবা ইহুল অমা ফাওরকই। ইমা লৈবাকপু নুংশিবা, ইমাবু য়েক্লবদগী কননিংবা অকনবা থৌনা অমা খংহৌদনা চোংথোরকই ঐগী থম্মোয় নুংদা। মীৎলু পিরাং তৈথোকই য়েংলকই চীংশাং পরেং পরেংনা তুমিন তুমিন ইকোই কোইনা লৈবদো উরগা অঙাং ওইরিঙৈদা ফাখিবা হৌজিকসু থম্মোয় নুংদা য়েক্তনা লৈরিবা শৈরেং অমগী পরেং নিংশিংলক্তুনা চীংনা কোইনা পনশাবা, চীংমীনা কোইনা

পনঙাকপা হায়বা মতমদা চীংমী খরনা শাওখিবদো নিংশিংলকই মতমদুদা। অদুবু পুম্নমক লোইনা জ্ঞান তান্নরে হৌজিক্তী। শাওনবা খোৎনবা লৈনদরে মীপুম খুদিং মপুং ফান্নরে। নুংশিনরে খুদিংমক চীংমী তম্মী। নিংশিং খুবম অমদি মদুগী অকোয়বদা মথং মথং য়েংলুবদা ইখং খঙহৌদনা ঐনা ঙসাই নীংশিংখিবা শৈরেংদুগী মকোক ইথং থংবা পরেং মরিশক ফুরাগী অকোইবা নুঙ্দুদা হকতুনা ইরম্বা থেংনখি। পুক্লীংদা হায়ঙমদনা ফোংঙমদনা ইচেল অমা চেন্থরকখিবা খংহৌদে। ঙসাই মিৎলুদা ঈহৌখিবা পিরাংসু থাম্বা ঙমদদুনা শিন্থরকখি। কংলৈপাক অসিদা থম্মোয় শেংনা মরৈবাকপু নুংশিজবা কয়া অমা থোকখরে। নৌনা অমুকসু থোরকখিগনি হায়বগী থাজবদু মখা তানা চেৎশিনহনখি।

অতোপ্পা রাফম অমদনা ঙসিগী ইচংথৌরবা মশিং য়াম্না, কৎথোকপা ঙম্বা মমল য়ামলবা নহারোল কয়া অমা লৈরবা মতমসিদা লময়ানবা পৌনা ব্রাজাবসিগী মফমদা অঙম্বা হৈকৎ লৈকৎ তৌবদা থোইনা অফবা ওইগনি। অথৌবা, লুচিংবা, লময়ানবসিগী নিংশিং ফুরা অসি অশেংবনি। নিংশিং ফুরা অসি তাশেংনমক্তী লমদম অসিদদি অশেংনা তাইবং শেম্বা মপু মহাক্কী মহি ময়াই চেপ্লবা অদুগুমলবা লমদম অসিগী কংলৈবাককী লমজিং পুরেন অমনি। পৃথীবীনা লোইশনখিবা নুমিত্তা ফুরা লোইখিনি। পৃথীবী লৈরিবা মীনদি নিংশিং ফুরা হায়দুনা লৈরগনি।

পৃথীবীগী লৈবাক খুদিংদা চৎলিবা চৎনা লোনচৎ, মীওইবনা হিংবদা চংলিবা নিতি নিয়ম, লৈবাক অমগী হৌনা লোনচৎ খুদিংমক অমতা রাৎতনা মচল শুনা লৈবা ইমা লৈবাকনি। রাৎতা পাদবীনি। ইমাগী মতিং থোকপা মখল মথেলগী গুন, লৈবী ইমাগী মচা অশেংবা পৌনাব্রজাবাসিগি নিংশিং ফুরা মুৎপা নাইররোই। ঐনা ঙসি য়েংজরুবা হৈকৎ লৈকৎ তৌজরুবা ঐগী থম্মোয়সি ঙসিদি চাওথোকচবা অমা পোকচৈ, মামা নিংবা মচানিকো অথৌবা নংসে হায়দুনা।

মাইবুং কোম য়েংলুবদা —

জানুৱারী তাং ২৫ দা নোংমা খংহৌদনা ঐগী য়াম্না নক্কবা মতম পুম্বদা লোইনদুনতা লৈমিন্নবা থোনু কৌবী কোম লৈশাবী অমনা ঐবু কোমদা লাকউ হায়না বার্তোন তৌরক্লম্মী। চৎলি ঐসু মাইবুং কোমদা।

য়েংজে ফজবা নিংথিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শকলোন মিৎফম হোংবা য়াদে। চীংগী নপোমগী হায়থারকপা লোইরোই লোইরোই নিংথীজবা জাৎসুনা হৌরিবা উগী পরেং মিৎফম হোংবা য়াদে। মণিপুর ইমা লৈবাকপু খংহৌদনা নুংশিবা চাং হেনগৎলকই। মীৎতা উরুবা মীরমদমগী ফাজবা, খুৎশেমগী নিংথিজবা খুদিংমক্তগী ইমাগী ফজবা মহৌশাগী নিংথিবা অদু তনা হেনগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা পাওদমনি। বাং চাওরবা লৈবাকশিংগী খুৎশেমগী অয়েৌবী থাক্তা মাউবুং কোমগী মহৌশাগী খুৎশেমগা চাংদম্নবদা নোপকনি হায়বসে থল্লুবা মীপুম্না লানগদ্রা হায়না নিংদবা ঙমদে। ফাজে মীৎফম করম্না হোংগনি।

ঐনা চৎলিবা চীংজাও নাপোমদুগী খুৎথেকতুগা লোইননা মাইকৈ অতোপপরোমদা য়েংথোরকখিবদা লাপতক্লা উবা ফংজখি মশামক্কী লোংথোকপা চীংশা পারে। পুক্লিং হুই থম্মোয়দা নুংনাংবা, পেনদবা চাওথোকচনিংবা অমা করমনা করিগী, অসুক ফাজখ্রবা তমজনিংঙাই ওইরবা ইরৈবাক্কী কচিন কোয়াদা লৈরিবা মহৌশাগী ফাজবা ময়াম অমবু থৌওইবীদনা থম্বীবরা হায়বা অসিনা নিংঙম্দবা অমসু পোক্তবা ঙমদে ঐগী লানজদ্রবা থম্মোয়সিনা। শেমজিনবীদ্রবা হন্না ফাওবা য়েংবীনবা লৈত্রবা মাইবুং কোম নুংশিরবা সুরদা হারি নোংনাংনা খোংবা তাঙ্গা লোইননা নিংনিং হায়বা শুরদা ঈশ্বরগী গুনবু তৎতনা শৈথাদুনা শকচরি। নুংশিখ্রেদা ওহ্ন্তোক্না মতমদো। ঐগী পুন্সিনা লৈরিবা মখৈ কাওবা ঙমলরোই ইমা মণিপুরগী ফজবা। মাইকৈ অমরোমদা য়েংথোকখিবা মতমদা থেংনৈ মীওইবগী হিংনবগী মচাক ওইবা মরুওইবা চীঞ্জাক কয়ামরুম পরেং পরেং হৌরিবা য়েংবদা করম্না মিৎফম হোদোকনি। হৈপোল লৈপাল মরক্তা নুংশিরবা তাংলবা উচেক বায়াশিংনা কোইপাই পাউদুনা শান্নরিবা। নিংথীজে ফজে। থম্মোয় অসি নৌথোরকই খল্লকই থম্মোয় নুংদ ইমা মণিপুর মীপান

তাংদনা মতম অমদা চীংনা লেমনা ইংনা তপনা মনিং তম্না পানজরম্বা লৈবাকনিদকো। লোইরেদো হৌজিক্তি হায়না খনবদা থম্মোয় মচেৎ তাখিবা খংহৌদে মতমদুদা কবি ডাঃ কমলগী নুংশিরবা শৈথাবু খংহৌদনা নীংশিংলকই। তারকই পিরাং মহাক লৈরমলবদিকো হায়না খনবদা। নুংশিরকই শকতমদো লাইওইশ্রবা মহাকতো।

করিসু লৈত্রবী ঐগী থম্মোয়দা মণ্ডল মণ্ডল খল্লকি। য়েংখংলি চীংদোলদা চৎলি খোংসু তপনা তপনা তুংলোমদা হন্না হন্না য়েংই চীংগী ফজবা মরক মরক্তা। য়েংবদা মীফম হোংদনা ইমা মৈতৈ লৈমা লোনথোক্তবী অচান মীরাই নাইদনা মচাশিংবু য়োকপীবী। জাৎ বিজাতি খাইদগী ইমা পুম্নমকপু খেন্ননা থমদবী ইমা চীংদনা মচা মাপাংগল কনবশিং থম্বীবা, তমদনা চীংকাবা খরা ঙমজদবা মচা মখৈ য়োকপিবা। হে ইমা পোক্লফম লমদম নুংশিবী ইমা মতম অসিদা ইমা লৈবাকপু নুংশিবগী ইথিল ফাওরকই। মাইবুং কোমগী ফাজবা নিংথীবা খিবিকপু থাবদা লোইবা লৈররোই। কনানসু শিংথবা ঙমলোই মহৌশাগী লাইরেম্বীনা অদুম মওং মওং মখল মথেল ইবাদসু লোইররোই মহাক্তনা হেনদুনা অদুম লৈরগনি। মতম অদুদা মফম অদুদা থুংলবা মতুংদা কোমগী পাখং অমনা মাইকতা বাইবলগী মরমদা ফজা ফজরবা ঈশ্বরগী পাওজেল কয়া মরুম পিবিরম্মী। ঈশ্বরগী অচুম্বা ৱাহৈ তাবদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইবা পোকই। পুম্নমকপু কাওথোক্তুনা অমতা ঙায়বা ঈশ্বর অদুবু থম্মোয়দা ইরাৎপগা লোইননা ঙক নোনথজে। অমতা ঙায়বা ঈশ্বর মীপুম খুদিংমকপু অচান মীরাই নাইদনা য়োকপিবা মতম মতমগী মতুং ইন্না অবতার তৌবীরকপা ঈশ্বর অদুবু নুংশিরকতুনা থম্মোয় অসি নৌরকই। ঈশ্বর অমতনিকো। চহি লিশিং ৬ হেক শুরকপদা অনৌবা অবতার অমা অমুক পোক্লকই। অবতার অমমমনা তাইবংমীওইবসু শেমবিদুনা পাওতাক পিবিবা অসি চহি লিশিং তরুক হেনবা য়াদে। হেক্লবদি এক্সপিয়রী ওইরে। Jesus তি চহি লিশিং অহুমরোম শুজিল্লকলে। Jesus কী পাওতাকশিং অদু চহি নৌরীবনিনা পাওতাকশিংদু কোমগী মীওইশিংনা লোইনমক লৌশিনদুনা মহাক্তবু মতম পুম্বদা খুরুমজরি। মতম অদুদা ঐনা নিংশিংলকই। International Religion Bahai Faith

কী ফংসন অমা য়াওরুবদা থেংনজরকপা ঈশ্বরগী মরমদা। মহাক্কী নীয়ম অদুদা হায়বদি মতম অসিগা চান্নবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। নুপী খুদিংমক লাইব্রিক হৈহনগদবনি। এডুকেশন মঙাল ফংহনগদবনি। বাহাই ফেটকী পাওতাক অসিদি মীওই খুদিংমকনা য়ানিংগনি। পৃথীবীগী ওইনা চাওখৎপা হায়বসিদি এডুকেশন মঙাল ফংবা মীওইতনা চাওখৎপা ঙম্মী। মীপুম খুদিং এডুকেশন মঙাল ফংহনলি। এডুকেশন খরা য়াৎপা মফমদদি অদুম মুকনবা খৎনা চৈনবা থোক্কল্লি। মসি হায়রুদ্রবসু মণিপুরদা হৌজিকমক থোকলি। ঈশ্বর হায়বসি অমতনি। ঐখোয়না নিংনিংবা ঈশ্বর অমা হেক্তা নিংবা য়াই। অসুম্না খল্লগা Jesus কী পাওতাকশিং অদু তাদুনা য়াম্না নুংঙাইনা মাইবুং কোমগা য়াম্না নকশন্ননা লৈমিন্নরম্মী।

**বরাক তুরেল য়েংলুবদা, ১৯৯৩**

মীওইবা জাতিবু ফাজনা মওং তানা হিংহনবা ঙম্বা মমিং লৈরবা জগৎনা শক খৎলবা মমিং মাথা হেক পনবদা ও হায়নবরা বারাক তুরেল পুকতপ্পী নংবু উরুবা মীকুপতা ঐগী থম্মোয় থোৎতবা ঙমদে। নুঙমুক কনবা থম্মোয় ওইরবসু নংগী তপ্পা ইংবা ঈচেল অদু হেক উবদা থম্মোয়দো মোইথাপ অমুক থোৎলক্কনি। তুরেল অসিগী ইচেল তপ্পানা ইংনা চীংলেমনা তাইবং জিবগীদমক্তা খন্দুনা মাশাগী ওইজবা থাদোক্কা তপনা ইংনা চিংলেম্মা চেন্থরক্লিবা ইচেল অদুগা মান্ননা চেন্থমিন্নরম্মী, মতম পুম্বদা মীগী মতেং পাংবা ঙমলবা মাগী ওইজবা পুম্বা থাদোকপা ঙম্বা বারাক তুরেলবু ইথানুংদা চেৎনা কোনসিজখি। মপু মহাকপুসু মতম অদুগা ইরোইননা নুংশিবীদগী মীৎলুদা ইরা চেল্লকই। মপু মহাক্না ঙসি মালেম অসিদা পুন্নমক্কীদমক্তা মীওইবা জাতিবু কাওবা লৈতনা মীওই পুন্নমক্কী য়াইফনবা শেম্বীরম্মী। অসিগুম্বা ইচেলনা তাইবং পুম্বাদা হিংনবা ঈশ্বর মহাকপু পুজা তৌজনবগীদমক্তা মশক উবা ফংদ্রবা মহাক অদুতবু তৎতনা শোনজবা ঙমজবা মীপুম খুদিংমক্কী পাঙ্গল হাপ্পীরিবা তুরেলনি।

কোইরেংগঞ্জ হায়না মীং থোল্লবা বারাক তুরেল মাপানদা ফমলগা মহৌশাগী ফাজবা পৃকিতিগী নিংথিজবা খিবিক্লা থন্না লৈরবা মফমদুনা করিসু খংজদ্রবা ঐগী থম্মোয়সে অকনবা শক্তী অমনা শাহমগা লোইননা চিংশিনবা

হৌরকখি, ঐবু থম্মোয়দা তুরেনগী ইচেলদুগা লোইননা লৈমিন্নখি। চেন্নীবী পুকচেল তপপী তুরেন অদুগী ৱাংমদা জঙ্গল ওইনা তৌবা য়েংবদা অসুক্কী মতিক ফাজবা য়েংবদা লুনা জঙ্গল হায়রপ মানবা অমা উবা ফংই। মদুগী মফমদু ইন্দিয়াগী তাইনবা বারাক তুরেনগী তোর্বান অমা ওইনা মপুং ফানা ফজবা বারাক তুরেনগা খুৎশন্ননা মতম পুম্বদা চৎমিন্নদুনা অদুম লৈরবা তোর্বাননি। বারাক তুরেনগা লোইননা চেনমিন্নরিবা তোর্বানদো অতোপপা মীরৈবাক ওইরবসু ঈশ্বরগী খুৎসেন্নী পুন্নমক অমতনি জাৎ বীজাৎতী খাইখিবগী ৱাতনি খল্লুবদা থম্মোয়সি মহি চেল্লক্রুম্মী। মতম অদো থোৎলি ঐগী থম্মোয় হায়নিংঙাই খংদনা নৌথোরকই ৱাখল পুন্নমকপু নুংশিবা পোক্লক্কুনা থম্মোয় মহি চেল্লকই তারকই পিরাং অদুবু মীওই কয়া খণ্ডখিনি ঐগী অৱাবা কনানা খণ্ডখিগনি ইথন্নতগী ৱানি খনবদা তৈথোকচৈ পিরাং। অসিরা মীওইবা খনজখি ইতোম্ভা ফুলতোন, নিশোন, অরনী, বোরোবেক্স, বেনাকনদি, পিলকুম নয়োন্দা অসিনচিংবা লাল্লগা তপনা ইংনা মখাদা চৎখিদুনা কোইরেংগঞ্জ তরে হায়রগা সমুদ্রদা তিলখিবী ইমা বারাক তুরেন পুকতপ্পী কাওবা ঙমদে ঙসিদি নচানা।

ঐখোয় মীওইবনা ঙসি লৈরিবা লৈবাক অসি মাতুম তাবা খা ৱাংদা খরা খরা কুৎথবা অমনি। মসিগী পৃথিবী অসিদা লৈরীবা মীওই খুদিংমক শক মান্নদে জাৎ মান্নদে, ৱাখল মান্নদে। ধর্ম্ম খেন্নবগী মতুং ইন্না পুন্নমক অমতা মান্নদে। মান্নদবা মরমদগী অমদি ধর্ম্ম খেন্নবদগী নুংশিনদবনি। অদুবু ৱাখন খনবা ঙমলবদি ভাব তামিন্নরবদি সোইদনা নুংশিনবা হায়বা পোৎশক্কুনা অদুম জয় তৌরক্কনি। মতম অদুদা অদুম চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নরকপা অমগা অমগা লম্বীথোং শন্নরিবনিনা অদুম লাইনা নুংশিনবা পুরক্লবা মতুংদা অফবা তাইবং ওইরক্কনী হায়না খনবা হৌরকখি মরমদি ঐখোয়গা ফাউদোক্লদনা চৎথোক চৎশিন য়াদ্রবা বারাক তুরেননা চেল্লক্লগা কোইরেংগঞ্জদা তারকলিবা সমুদ্রদা তাখিগদবা বারাক তুরেন অদুগী নাকলদা বারাক তুরেনগা খুৎশন্নদুনা চেললিবা বাংলাদেশ হায়বা অদু উবদগী। বাংলাদেশনি হায়বিবা মফম অদু অসোম ৱাংমদগী ঐখোয় সোম ৱাংমদা য়েংলকপদা মখোয়গী থম্মোয় অদুনা নুংশিবা অমা পোক্লমগনি মরমদি ঐখোয়নসু মখোয়গী লমদো য়াম্না নুংশিবা পোকই। জঙ্গল ওইনা তৌবা উ ৱা মওংতনা হৌবা অদুগা হেক য়েংবদা ঐখোয়গী মণিপুরগী মাইবু হায়বা চীং লৈবাক অদুগা চপ মান্নরম্মী। ফাজে পুক্লীং হুই।

মফমদুদা চেল্লিবা ইচেল অদুদা মশিং থিঙমদনা ঙাগী সাগৈজাৎনা শিক থন্না লৈরবা তুরেননি — ১। বরীয়া ২। বাসা ৩। লাচা ৪। পীয়া ৫। ঙথি ৬। শারেং ৭। ঙচৌ ৮। লিথা ৯। গ্রোগ্রো ১০। ঙাপাই ১১। ঋানা মানহি ১২। ঙরেন ১৩। বাউ ১৪। ঙসি ১৫। রৌ ১৬। লপা মানবী ১৭। নুংঙা ১৮। শতোন ১৯। কানদলা ২০। চেক্লাওবী ২১। শরেং খোইবী ২২। ঙাশেপ ২৩। ঙামোই লিথা, গ্রোগ্রো হায়রিবা ঙাসিনা মহাককি মচুদি উৎ মতু মানবা অমুবাসু হায়রপ চংবা মহাক থোংবা মতমদা শা থোংবদৌনা মনমসু হায়রপ নম্বা অদুগুম্বা ঙানি। ঙামোই হায়রিবা ঙা অসি ঙারিন ফৌনা তৌবা শাংবা চাবা মতমদা মহাও ফজনা য়াউবা ঙানি। মশাদা থাও থোকপা ঙামোইনি। ববিয়াবমা ঙাসিদি ঙৌরোক ঙৌই থাও ঙৌবদা প্রোক প্রোক লাওদুনা খরা খুদোং থিনিংঙাই ওইবা ঙাদি ওইরগা মহাওদি অদুক্কী মতিক লৈবা ঙানি। পিয়া হায়রিবা ঙাসি লংত্রিক লংই মকু কুপ্পী পংচাও চাওদে। মহাক্কী মশাদু খুবিমুক থাই, অদুগী চাবা মতমদি মহাও লৈবা ঙানি। ঙসি হায়রিবা ঙাসি মাপাংগল শোনবা মীনা চাবা মতমদা মীগী পাঙ্গল শোনজিনবা অদুগম্বা ঙানি। মহাক্কী মাশাদো মহ য়াউবা ঙা ওইনা তৌই। ঋানা মানবী হায়বীবা ঙসি ঋানা অদুম মাল্লি। মহাক্কী থোংবা মতমদা মহি লোইনা ওল্লি। চাবা মতমদা মহাক্লা ইহেন হেনবদৌনা তৌই। লুপা মানবী হায়রিবা ঙা অসি মনম নুংশিনা হাওবা ঙা অমনি। চেকলাইবী হায়রিবা মচিন তুমবা চাবদি কয়া হাওতবা, মচিন অদু মৈদা য়াইথোক্লগা থাও খরা হাপচিল্লগা চিনবানদা তৈবা মতমদা চিনবান পাৎথোকপা ফৈ। বারাক তুরেনদা ঙা ফাবা মতমদা মৈত্তে ঙামু হায়না কৌনবা ঙা অদু য়াউরক্লবদি মদুগী ঙাদো খনদোক্লগা হুনদোকখি। মখোয় লৈরীবা মীওইশিং অদুনা চাবীদে। চাবা য়াদে মখোয়দা নামুংই হায়দুনা কিনৈ। হায়রিবা লমদম অদুখক্কীদমক্তনি হায়রীবা ঋাফম অসি পৃথীবীগী ওইনা চৎনবা নত্তে।

মফম অদুদা তারীবা মীওইশিং অদুদি কুকি, কবুই, মার হায়রিবা জাৎশিং অসিনা নম্না তাই। বারাক তুরেন মপান্দা তাবা মীওইশিং লম লৈজদবা খরদি ঈশিং মনুংদা হি মনুংদা যুম ওইনা অদুম লৈবাসু য়াউই। মখোয় অয়াম্বদি

মতমশাংনা চহি শাংনা পুন্সিবসু য়াউই। মরমদি মখোয় অদুদি ৱাখল খুদিংমক খনবা ঙমদবা ৱাখল অমাখক্তং খনবা ওইবা মরমনা কুইনা পুন্সিবনি। তুরেন অসিনা ঈশিং চাওরকপা মতমদা চীংদগী ৱাতাং থাদরকপা মতমদা ৱা অদুদা খাজিং চারোং চারোং য়াম্লকই। য়াম্লক্লীবা খজিং অদুনা মখোয়না ইনমচা অমনা ৱাশিং অদু থথারগা চীংখথলি। অসুম তৌদুনা মখোয় খুদিংমক্কী কান্নবা অদু থম্মী। মখোয় তুরেল মাপান্দা লৈরিবা মীওইশিংদি ঙানা হিংজবনিনা মখোয়গী পুন্সি য়াম্না মরাং কাইনা লৈবা ঙম্মী।

ঈশিংদি মপুক ইংনা তপনা চেল্লি। অদুগা ঈশিং ময়াই চাবুক অদুদদি ঈশিং চোংখৎই। ময়াইদা চোংখথলিবা অদুসু কনাগুম্বা অফাওবা কবি অমনা ইবা শৈথবা তারবদি হায়নিংঙাইলৈতবা মখৈ ফাজদুনা মীপুম খুদিংমক্না য়েংবা লাকপনা কৃক কৃক ইন্নাদুনা লমদম অদু পৃথীবীদা মমিং লৈবা লমদম অমা ওইরমগদবনি খন্দুনা ঐনা নুংঙাইবা অমা পোকই। জিরিগী তুরেন বারাক তুরেনদা তাই। ঈশিং অসি অসুম চেক্তক্লগা নাম্লোন্দো কৌবা ঐখোয় মণিপুরগী বাজারমুক চাওবা অদুগী মফমদা পল্লি। ঈরে অদুনা অনি অহুম লৈরবা মতুংদা ইচ্ছোরক্লগা লৈমরেন মপাদা নুংবানদা ইচ্ছোক্লগা শামুমুক চাওবা অচৌবা অমগী মপাদা তপথরম্মী ঈশিং অদু তপনা লৈখি। ইরে অদুনা তপনা চৎখিবা অদুদা উরগা ঐগী থম্মোয়দা ঈশ্বরবু নিংশিংলকই। বারাক তুরেন য়েংলুবা মতমদা ঐগী থম্মোয়দা ঈশ্বরবু নুংশিরকপা হৌরকখি মপান নাইদ্রবা ঈশ্বরগী খুৎশেম উরুবদা মিৎতা পি খংহৌদনা তারকখি। ঈশিংগী শংবান্নবা মচুনা লৈতেংবা বারাক তুরেনদুবু মওংতনা তোর্বানদুনা ঙাকলৌ ওইদুনা করম্না কদায়দা লমহেন্দুনা পাখোক্তুনা চেনখিগদবগে খন্দুনা থাৱাই চাওনা ঙাক শেনবা অদুবু য়েংবদা মিৎফম হোংবা য়াদবা মখৈ য়েংদুনা লৈরিঙৈদা ঐগী মতম কুইনাদগী লোইনদুনা লাক্লবা মরুপ লোই অদুনা হংলকই করি য়েংলিবনো ইতা। মতম অদুদা ঐনা খল্লকই ও ঐনা লৈরীবা লমদম অসিদি বারাক তুরেনগী তোর্বান্নী হায়না। শোক ১৯৯৩ ফাওইরেনগী থায়াই চল্লকপা ওইবনা পংসাসু সাদবা পংইংসু ইংদবা নুংঙাইবা মতম ওইবনা থম্মোয়বুদি নুংঙাইবা পীবা মতম অদুবু নিংকোক নিংকোকপা করি তৌগনি, করম তৌরমসিগে, করি হায়রমলাগা, করম্না উপাই পুথোক্তুনা করম্না মওং তাগনি। মসি ঐনাসু ঙম্বা পোৎ নৎতে।

চাওরবা আইন অমাগী মখাদা লৈরিবা থবকনি। খনবদা থম্মোয় খাংঙমদনা প্রালয়গী মৈনা চাকশিলক্তুনা কপ্পা নংতনা ঐগী উপাই লৈজদে।

**অরুনাচলগী খোঙচৎ, (ওক্তোবর, ২০০৩)**

ইম্ফালদগী য়াংনা চৎপা খোঙচৎ অরুনাচল ফাওবা, নুংঙাইতে হায়বা য়াদে ঈশ্বরগী ফজব্রবা খুৎশেমগী হৌরিবা উ ম্না, চীংয়া তময়গী ফজবা য়েংবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নিংথিজে। লম্বীনা চীং পরেং অদুগী নাকল ন্যাকলদা থেক্লা খোয়না চৎপা মতমদুদা ঈশ্বরবু নিংশিংদুনা মহাক্কী খুৎশেমবু থাগৎচৈ। নাগালেন্দ হায়না বৃটিশনা মীংথোক্লম্বা লমদমদু য়ৌরকপদা অসুক্কী মতিক হ্রাও তয়াম্বা ফংজে। ফজৈ চীংথক্তুদা ফজ ফজব্রবা য়ুমকৈনা কয়াদা মফম চানা-চানা শাদুনা লৈরিবা। মথকলোমদা য়েংখৎখিবা মতমদা ঈশ্বর ওইবা লাইগী শঙ উবা ফংই। অমরোমদা লাপতক্লা য়েংজবদা মহৈরোয়শিংগী মহৈগী শঙলেন। নুংশিখরেদা নাগালেন্দ নাগালেন্দগী ফজবদি ঐনা থাবনা ম্বাংলনি। মহাক্কী মহৌশাগী খুশেম অদুগী মথক্তা আর্টিফিসিএলগী ফজবা ময়াম অমনা লৈতেং ওইরি।

ডিমাপুরগী আসামগী লম্বীগী খোঙচৎ অদুতবু নুংশিবা অমা পোকই। লম্বী অদুগী খোঙচৎ অদু অসুক্কী মতিক পরিং চুম্না অথেক অকোয় লৈতনা চৎপা খোঙচৎতো পুক্লিংদা নুংশিবা অমা পোকই। লম্বীগী নাকল য়েং ওই অনিমক্তা উমং পরেং পরেং অদুনা মীৎকি ঙমখৈ লৈতনা মীওইবগী কান্নবা উপাই তৌরগনি হায়দুনা হৌহৌরিবা উ-ম্না অদু কয়াদা নুংশিখ্রবা। হায়রিবা লমদম অদুদা চা বগানশিং অদুনা অনেম অম্বাং লোইরোই লোইরোই নাইনা হৌরীবদো য়েংবদা থম্মোয় অসি চাওথোকপা অমা পোকই। চীংয়া তময়াদা তাইবং মীওইবনা করি থাসিগে খন্নরবা মতুংদা চানা হেন্না ফাগনি খন্দুনা চা থাদূনা মীওইবগী চিঙ্গাক ওইনা পুথোরক্লিবা অদুগুম্বা চা পরেং লোইবা নাইদনা হৌরিবা অদুবু ওম্থোক্লা ফজপ্রেকো। ঈশ্বরগী খুৎশেম কয়াগী মরক্তা তাইবংগী খুৎশেম চা ফজৈদকো। আসামগী লৈহৌরিবা লমগী মমিংদি থাবদা লোইবা নাইররোই।

আসামগী ফজখ্রবা লম কাজিরঙ্গ হায়বা মফম অদুদা পুং ১০-৩০ তাবা মতমদা থুংলুরে। মফম অদুদা তাইবং পানবা মীওইবনা চানা থক্লবা পোৎলম শুনা য়াউরমদুনা শোঙ্গুরবা হকচাং অদুবু কনখৎনবা চিঙ্গাক চা হায়না মীয়াম্না খঙনবা অদু থকপা মফমদুগী মীশিং অসুক্কী মতিক য়েলকম ফজে, য়াং চাওরবা লৈবাক নোংচুমপোমগী অদুগুম্না অচা অথক পুথোক্লিবদো মওং তাই। ফিজেৎসু য়ুনিফোর্ম ওইনা তৌই। ফজে নাক য়েংতা য়েংথোকখিবা মতমদা লবুক লমহাং কয়াদা য়েংবদা নুংশিবা, খঙহৌদনা উচেক ক্বাক ক্বাক হায়না খোংবা মদুগী উচেক অদুগী খোংকগী খোঞ্জেল তাবা মতমদা ঐগী থম্মোয় খংহৌদনা মহি চেক্লকই। মতম অমদা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী কাংদোং ফারকপা মতমদা অয়ুক্তা ক্বাক ক্বাক হায়না খোংলকপদা নোংঙাক্লে হায়দুনা ফুক হৌগৎলকপা তৌগদবা ইথৌ তৌথোকপা অদুবু নিংশিলহুনা কাককি খোঞ্জেল তাবদা থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। মথং মথং লাকপদা নানখ্রবা ফজখ্রবা তাইবং মীওইবনা শেম্বা লম্বী অদুদা লাকপদা জয়পুর হায়বা লমদু য়ৌরকপদা অরুনাচল য়ৌরগনি খনবদা খরা নুংঙাইবা পোক্লকই।

জয়পুর হায়রিবা লম্বী অসিদি মওং তাই। লম্বীদু জিক জাক নাইদে শিং নাক্লি, পাকসু পাকই গাড়ী অনি থৈনবদা অসুক্কী মতিক কোম্মী। নাকল য়েং ওইদা য়ুম মীওইবগী পোখাশঙ পরেং পরেং লৈবা উরকই। ক্বাকনা খোংবগী সুরগী তাম্বা অদুগা লোয়ননা মীপুম খুদিং চৎমিন্নে। কোকিলনা কুকু কুকু হায়না খোংবা নুংশিখ্রবা সুরদা অদুগুম্বা খোম্বোকতি করা খেন্ননা ক্বাকনা ক্বাক ক্বাক হায়না নুংশিবা সুরদা খোংলকপা অদুতবু তাজরগা জয়পুর য়ৌশিল্লকই। জয়পুরদা মতম অমদা বৃটিশনা শারম্বা থোং অমা থেংনখি। থোং অদু ঐনা অসুম চাওরাক্লা পাজবদা মাইলল তরুক রোম শাংগদ্রা হায়না খক্লি গাড়ী থৌবদা লোইবা নাইদে য়াম্না শাংই।

অরুনাচল প্রদেশ হায়রিবা কৈথেল অদু অমুক্কী মতিক য়েংবা নুংঙাই। গৌহাতিগী পালটন বজার অদুগা হায়রপ মান্নে। পোৎচৈসু মশিং শুনা অদুম য়োল্লি। কৈথেল অদু Nokete (Nagu) Khunsu, Tirap District হায়না থারম্মী। অরুনাচলগী ত্রাইব জাতি ২৫ লৈরম্মী।

ইটানগরগী খোংচৎতা অসুকী মতি নুংঙাইরম্মী। Nokete দগী মাইল চাওরাক্লা ১৫ রোম ওইগনি খল্লি। ঐনা চৎপা মতমদা অসুম চাওরাক্লা থিজবনি। হেক্লেম্বা ঝাৎলম্বদো ঝা নত্তে। ঐগী ঝাখলনি, নোংমা ২৩ সেপ্টেম্বরগী পুং ১১ তাবা মতমদা নাহারনবগুন ইটানগর ফাওবা চৎননবা কার অমা তোংলম্মী। কার অদুদা ঐখোয়না ইচাশিংগা তোংমীন্নরম্মী। মতম অদু অসুকী মতিক নুংঙাইরম্মী। লম্বী অসুম চৎন চৎনা ইটানগর য়ৌরমদাইদো য়াম্না ফজে চীংগী নাপোম খুদিংমক্তা অসুম চৎলগা অচৌবা চীংগী লম্পাক অমা উরম্মী। মদুদা কৈথেল অমা টি এল রাজকুমার থাবা অমা লৈরম্মী। মদুদা Akasdeep থাই। চাওই য়েংবদা ফজে, টি এল আর গীনি হায়। ইন্দিরা পার্ক অদুসু পংচাওদি চাওদে য়েংবদা পুক্লিং হুই। চীংগী লম ওইবা মরম্না কোহিমাসু হায়রপ মাল্লি। ইটানগরদো অদুবু মওং তাবদি ইটানগরনা হেন্দবদি নত্তে। Akasdeep তাগী মাইল তরা মুক চৎলগা জু য়েংনবা কারদু থৌরম্মী। খরা থৌরবা মতুংদা মীতৈ মচা খরা লাইয়েকপগী থবক তৌদুনা লৈরম্মী মখোয়দু য়াম্না নুংশি মীতৈ মচা অদুনা অরুনাচলগী মরমদা ঝারি অমা লিরক্রম্মী। নোংমা লম্বীদা মতৈ মনাও অনি খৎনবদা বস অনি থেংগাইনদুনা খরা থিনা শোক্রম্মী। বস অনিমক পাওখুম চপ মান্নরা খুন্নে। মতৈ মনাও খৎনবা য়েংবদা থেংজনবনি। মখোয় অনিনা মতৈ মনাও অনিদগী লুপা লাক্ষ ৫ /১০ লৌখিদুনা ময়ুম ফাওবা থাদোক্লগা পৈশা শিংখি হায়। মদুনা তাকপদি মখোয়গী নীয়মদো খঙবা ওন্নে।

জু য়েংবা চংলম্মী ঐখোয় খুদিংমক মফম অদুদগী ইহান হানবদা শওম উবা ফংই। লৈহৌরিবা শাশিংদো য়াম্না মওং তাই। কৈ অহুম লৈহৌরিবা অদু অসুকী মতিক মওং তানা মশা যম্না উবা ফংই, মখোয়গী শাগী থবক তৌরিবা মীওইশিংনা শাদা মতম চানা মচিঞ্জাক পীজবা মাল্লি। সরকারনসু য়েংশিনবীবা মাল্লি। ঐখোয়গী জুগী শাদি মপাঙ্গল শোন্না উই। মণিপুরগীদি সরকারনা য়েংশিনবীদবা মাল্লি।

অরোইবদা ঐনা হায়জনিংবদি ঐখোয় মণিপুরগী অঙাং খরা খোংউপ শাদুনা লৈরম্বদো অসুকী মতিক নুংশিজে ঐনা মমিং হংবদা মখোয়না খুন্নকই,

রঞ্জিৎ, বিনোদ, নোরেন, বসন্ত, বিশ্বরজিৎ, ইনাওনি। ডায়কুম হায়না কৌবা অরুনাচলগী মনুং চনবা অমা অসুম হোস্পিটাল অমদা চৎপা মতমদা থেংনরুই। বারুপনি হায়বা তুরেল অদুনা রীফ্রোং হায়বা তুরেল অনি অদু শম্নবা ভুইমুক হায়বা তুরেল অদু থেংনবা মতমদা অসুক্কী মতিক নুংশিবা অমা পোকই। মীওইদি য়াম্না কুংনা তাদে অদুগা মরমদি লোইনা শুনা ব্বাংতনা লৈবা উই। মফম অদুদা নুংশিনা চেল্লিবা তুরেল অদুবু য়েংজবদা অসুক্কী মতিক ফজবা ঈশ্বরগী খুৎশেমনিকো হায়না থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিনজে। য়াম্না ইংনা তপ্না লৈহৌরিবা হোস্পিটাল, চীংয়া তময়া অদুনা কয়াগী মতিক নুংশিজে। চীং, তুরেল, লবুক, লমহাংশিং অদুনা অয়েংবা মীগী থম্মোয় শুমহৎতবা ঙম্লোই। মতম অদুদা ঐনা চৎমিন্নরিবা ইশ্বানুপা ইউ সি সিংহ কৌবা অমদা মফম অদুগী হায়র সেকেন্দরিগী ওঝা নুপা অমদা মসিগী লম অসি চিনাগা নক্লে হায় চুম্বরা হংবদা ইউ সি সিংহনা খুম্লম্মী। মসিদগী খরা চৎলগা অরুনাচলগী Tipap District হায়বা মফম অমা লৈ অদুদি কৈলেথলদগী পোৎ লৈবসে চিনাদা নকই হায়দুনা অদুম ইম্নাং লৈনৈ। অরুনাচলদগী লৈরুদে। চিনাদগী অদুম লৈরগা চাই হায়না খুম্লকই।

অরুনাচল প্রদেশগী মহৌশাগী চুং ফিরাল চানা ফজবা য়েংবদা পুক্লিং হুবা ঙম্বা অসিনা মরম ওইদুনা তাইবং মীওইবনা লম কোয়বদা পুক্লিং চিংশিনবা ঙমগদ্রা হায়না খল্লি। মফম অদুদা সরকারগী অব্বাংবা থাক্কী ব্বাখলনা মফম অদুগী ফজবশিং অদুবু মীপুম খুদিংমক্তা উহনবা ফংহনগে হায়বা ব্বাখল পোক্লমগনি হায়না খল্লি। মদুনসু মতম পুম্নমক্তা মাই পাক্কনি হায়না খল্লি। শেম্বীবা ফৈ। শেম্বী শাবীরবা লমদমশিং মওং চানা অদুম উবা ফংলকই। মসিদা পুকচেল চাওবা কয়াসু লৈরমগনি হায়না নিংই। পাও অমদি তাবা ফংজে। মফম অসিদা কুম্মৈ অহুম অরুনাচল প্রদেশতা থমগদবগী ব্বাখল্লোন লৈরে হায়না। ফেস্টিবেল ওফ অরুনাচল ব্রহ্মপুট দর্শন ফেস্টেবেল, বুধ ফেস্টেবেল অসুম্না অহুম অসি পাংথোকপা হায়বা অসিনা লমকোইবদা অসুক্কী মতিক কয়াদা মীওইববু নুংঙাইবা লম্বীদা চিংশিনবীগদৌরিবা। মীপুম খুদিংগী ওইনা নুংঙাইবা ওইরগনি। লমকোইবদা নত্তনা মীপুম খুদিংগী নুংঙাইবা ওইগনি। অরুনাচল প্রদেশ অসিগী উমংগী শরুক্না হেনবনিনা লমদম অসিগী তোপ তোপ্না শরুক

অমনা মফম অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী তোপ তোপ্না তোঙানবা নাটকী শক্তমশিং অসি অমত্তা ওইনা মরি লৈনৈ।

**মখা লমগী চীংলৈবাক মণিপুর —**

মণিপুরগী মখারোমদা অসুম চৎপদা চীংশাং পরেং পরেংনা লৈতেং ওইদুনা লৈহৌরিবা মণিপুর ঈমাগী শক্তম য়েংবদা থম্মোয়দা নুংশিবা অমা পোক্তুনা মিংতা পি তাখিবা খঙহৌদে। অসুম চৎন-চৎনা ককচীংলোমদা চংশিল্লক্লগা ৱাবগাইগী অসুম চৎতুনা গাড়ী থৌরকপদো নুংশি-নুংশিখ্রবা লম কয়া লবুক-লমহাং অচিকপা চীং-পাৎ, তুরেলনা কয়াদা নুংশিনা লৈহৌরিবা। লোয়ন-লোয়ননা উমাথেল য়ৌরকপা মতমদা লৈহৌরিবা চীংয়া তময়াগী ফজখ্রবা উপাল-ৱাপাল কয়ানা ঐখোয়দা উপালগী মনাদুনা হায়ন হুন্না ঐখোয়বু মখুৎ অদুনা খুৎলাম তোয়না কৌরক্নি। লোংজা হায়রিবা ইম্ফাল তুরেলগী ময়াদা লৈরিবা লম অদুদা নুংশিরবা কুকি ইচিন-ইনাও কয়ামরুম্না তাদুনা লৈহৌরিবদো কয়াদা নুংশিখ্রবা। তুরেলনা চীংগী নাপোম হায়থরকপা ফজখ্রবা লম্পাক্তুদা কয়াদা নুংশিনা চেল্লিবা ঈচেল অদুনা ইম্ফাল তুরেলদা ইতিল্লুগনি হায়দুনা তপ্না-তপ্না ঈপোম নাইহন্দনা চেম্লরি। গেলপাই হায়রিবা চীংগী লমদমদুনা চীং অনিগী মরক্তা জৌ হায়বা চীংমীনা কয়াদা নুংশিনা চিকনা খুন্দাদুনা লৈরিবা। জৌনা খুন্দারিবা লমদো ওহোক্লা পুক্নিং হুনা নিংথিখ্রেদকো। চীংগী নাপোম নাপোম হায়থরকপা অদুদি অয়েংবা মীশিংগী থম্মোয় হুনিংঙাইনি।

সিংসান হায়রিবা মওং তাবা খুন অদুনা সেরৌ ময়াদা লৈবনিনা সেরৌগী ৱাখলদা অসুক্কী মতিক ফজবা হেনখ্রে। অসুম চৎন-চৎনা ঐখোয়গী লাইনিংথৌ সেরৌ হায়বা মফম অদুদা কয়াদা মওং তানা লম্বী অদু লবুক লমহাংগী লম্পাক অদুদা পরিং চুম্না চৎলিবা ফজখ্রদা হে ! ঈশ্বর নঙগী নগুণতবু ননাই ওইবীনা কাওবা লৈতে। মফম অদুদসু জৌ হায়বা চীংমী ঙাক্তা ঙাইরম্মী। সোলেম হায়না মিংথোক্লবী জৌ জাতিন্না খুন্দাদুনা লৈরিবা চীংগী লমদম অদুনা চীংগী নাপোম-নাপোমদগী লোইরোই-লোইরোই হাইথরক্লিবা চীংগী নাপোম অদু য়েংবদা ভারতকি অফাওবা ফিল্ম নম্ফমনি হায়নরিবা উটি

হায়না মিংথোনবা লমদমদুগী চীংশাং লোইরোই-লোইরোই পরেং-পরেং লৈবা চীংগী ময়াইদা চা পাম্বীনা পরেং-পরেং হৌরিবা মীপুম খুদিংগী থম্মোয় শুমহৎপা ঙম্বা উচিদগী হেনগদ্রা নিংই। ঐখোয় লৈবাক্কীদি শেম্বীবা অদু নাথৈদুনা চৎখ্রে। নাথৈদুনা চৎপসি মণিপুর ঈমা লৈবাকনা হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই। মীয়াম্নসু অদুম খঙনদুনা লৈরিবনি।

**পালদাই,** সজিক্কী লম্বেল অদুদা জৌ হায়বা ট্রাইবেল জাতি অদুনা তাদুনা ঈং তপ্পী। উ পাম্বী হায়না খঙনবা মীওইবা জাতিদা পুম্নিগী ওইনা কান্নবা লম্বেলদা শিজিন্নরিবা উ পাম্বীদো পরেং শানা হৌহৌবা উবদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইজে। **হৈকা** হায়বা লমদা তুরেল কানাল হায়রিবা সজিক তম্পাক কোনবা লম অদুদা কুকিগী খুল অদুনা ইম্ফাল তুরেলদা তাখিগনি হায়দুনা তপ্না ঈংনা চৎলিবা ঈচেল অদুদবু য়েংজবদা মখোয়গী নুংঙাইবা পোকপদো ঐনা উবা ফংজরকই। তামিল নাড়ুদগী মহিসুর লাম্হোক্লবা চীং অনিগী কারক্তা তুরেল অমা খুৎশেমগী লৈহৌবা অদু নিংশিংলকই। চীং অদুদগী শওম, শক্তি, কৈ থোরক্লগা ঈশিং থক্লগা চীংথক্তা অমুক কাখৎখিবা অদুতবু খঙ্জদুনা, ঐখোয়গীসু আরটিফিসেল ওইনা খুজিং থৌরাং পামজরকই। নিংবা থুংজনিংই।

চাকপ গেলজাং হায়রিবা তম্পাক অদু কুকি তাবা লম ওইবনা ঐখোয় ঈমা লৈবাক মণিপুরগী ঈরমদমনিকো খনবদা কুকিশিংবু কয়া নুংশিজবা। **তোইয়েললোন** হায়রিবা চীংগী লমদম অসিদা কুকি তাদুনা য়াম্না নাংঙাইনা ঈশিং নুংশিৎ মরাং কায়না নুংঙাইনা লৈহৌই। **সজিক তম্পাক** হায়রিবা মফম অসিদি অসুক্কী মতিক ফজখ্রে। মণিপুর ইমাগী মশাইকোল ঈমাগী পাম্বোমনা কোনশিনবা লম। চীংশাংশিংনা কোইশিনবা তম্পাকনি। মফম অসিদা জৌ কুকি হায়রিবা চীংমীশিং অসিনা নুংঙাইনা য়াইফা মরাং কায়না লৈহৌবা উজরকই। ফজৈ নুংঙাই।

**কাৎথোং** হায়রিবা লম চীংলৈবাক অসিদি তুরেলনা থেক্লা খোয়না চেল্লি। **খুল্লেন** কুকিনা চীংগী লোইরোই হায়থরকপা অচৌবা লম্পাক অমদা খুন্দাদুনা লৈ। **কোইহোম** খোমুনুম মদুসু য়েংবদা নুংঙাইবা পোকই। মোলফৈ চীং অনিগী কারক্তা কানাল তুরেলগী হৌরকফম অসিদা কুকি তাদুনা লৈবা

উরকই। মোলনোম, বোকপীয়াং হায়রিবা জৌ কম্যুনিতিনা তাদুনা লৈবা লমদম, চীংলৈবাক য়েংবগী পেনবা নাইদে। আইজাং দি চীং অনিগী কারক্তা কুকি তাই। চীংদগী পোৎথোক্পা মথোয় হিংনবা মরাং কাইনা হিংজবা ঙম্মী। বেলথাল হায়বা কুকি তাবা লম অসিদি চীংয়া লোইরোই লোইরোই চীংচেপ নাপোম ফাজে। চীংমাই অদুনা য়েংবদা ফজরীবা কুকি হায়বা চীংমী জাতিনা নুংঙাইনা পুক্লিং খোয়দানা লৈহৌই। খুলমোলেন হায়রিবা কুকি তাদুনা লৈরিবা লম অসিদি চীংগী মতোন্দা লৈদুনা য়াম্না ঈংনা তপ্না লৈহৌই। চীংদোল অদুদি ডম্পীগী লম্বীদা গাড়ী তোংবদা অসুম ব্রাংখৎ ব্রাংখৎলগা মতোন্দা চৎপা অদুগুম্না মফম অদুদা খুন্দাদুনা লৈহৌরিবা চীংমীশিং য়েংবদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইজে। তাইবং মীওইবা হায়বসে ঈশ্বরনা নঙগী ফুরুপনা অসিদা লৈয়ু, অথাপ্পা ফুরুপ অমনা মফম অসিদা লৈয়ু হায়না তম্নম্বদগী লৈখিবা অসি নুংশিদবা ঙমদে। বৃটিশ হায়রিবা মীওইশিংদা ঈশ্বরনি হায়না খনবা তাবনি। তোংয়াং খোংতাল হায়রিবা লমশিং অসিদি চীংমাইদা খুন্দাখ্রে। য়েংবদা নিংথিজৈদা, ঈমা লৈবাক ঈরমদম চীংশাং পরেংনা লৈতেংবা হে মণিপুর নুংশিবী ঈমা নঙবু কনানসু লাকচবা ঙম্লোইকো থৌনা ফবী নচা কয়া লৈরিকো।

অরোইবদা ঐনা হায়জনিংবদা মণিপুরগী লমদম মখা পাংনা চৎতুনা য়েংজবা মতমদা মহৌশাগী চুং ফিরাল চানা ফজবা য়েংবদা পুক্লিং হুবা ঙম্বা অসিনা মরম ওইদুনা তাইবং মীওইবনা লমকোইবা মতমদা মফমশিং অসি শেম্বী শাবীগনি হায়না নিংই। মফম অদুদা সরকারগী অৱাংবা থাক্কী ৱাখল ল্লাক্কনি। চীংগী তুরেলগী মহৌশা ঈশ্বরগী খুৎশেম ফজবশিং অদু অরেম্বদা ৱারক্কী তয়ালগুম্না মাঙহন্নবীবা হায়বসে ঈশ্বরসু শাওগনি। মফমশিং অসি শেম্বীবা হায়বসিনা লম কোইবদা অসুক্কী মতিক মীওইববু নুংহাইহন্নবা অমদি নুংঙাইবা লম্বীদা চিংশিনবীগদৌবনি। মীপুম খুদিংমক্কী নুংঙাইবা ওইরক্কনি। হায়রিবা চীংলৈবাক অসি উমংগী শরুক্পা হেনবনিনা লমদম অসিগী তোপ তোপ্পা অমা মফম অসিদা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী তোপ তোপ্পা নাটকী শক্তমশিং অসি অমত্তা ওইনা মরি লৈনৈ হায়বদা লাল্লরোই। অরুনাচলদা লমকোইবা মীপুমগী নুংঙাইবা কুম্মৈ অহুম থমগনি। তৌহৌবা অদুগুম্না মণিপুরগীসু চীংগী লমদমসিদা ফজবা মওংদা শেম্বীরক্কনি খল্লি।

**অফাওবশিংগী পাওতাকশিং ঃ**

১। হান্না মাইথিবনী কীবা মীশক্তো শোইদনা মাইথিবনী।

— *নেপোলিয়ন*

২। ঈশা হায়বশে থৱাইবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্বা অমত্তা ওাইরবা কৈগুমশংনি।

— *হেনরী ভানদাই*

৩। য়ুমগী নুপীগী মোমোন মীনোক্লা রসতা লৈরবা মতমদা নুপা খুদিংমক্কী অরাবা কোকই।

— *টেগোর*

৪। অপংবা মীদি মাঙোন্দগী হেন্না পংবা মীগা তিন্নে।

— *বাইলিন*

৫। লৈবাক অমগী গুণ খঙগে হায়রবদি লৈবাক অদুনা পুথোরক্লিবা লুচিংবাশিং অদুদগী খঙবা ঙম্মী।

— *ইভান পানজি*

৬। মারান য়াজবা ঙমদবা মীওইশিংদি অরানবতনা মাগী ফিরেপ ওই, মারান য়াজবা ঙম্বা মীদি লাম্লবগু অচুম্বা লম্বীদা মথ্নতা লাকই।

৭। অতোপ্পবু হত্থনা খনলিবা মীওইদো মশামকগু অতোপনা হত্থনা খনলকলীবা মীওইবনি।

— *লোংফেলো*

৮। খুদোং চাবা লৈতনা তৌবা ঙম্বা শক্তী শিজিন্নবা কান্নদে।

— *নেপোলিয়ন*

৯। পাদনা অইবা অমা ওইবা য়াদে।

— *এরিগোল*

১০। শান্তী ফংনবা হোৎনগদবা নত্তে শান্তীদি ইশাদগী থোরকদবনি।

— *বুধা*

১১। ঐনা হৌজিক ওইরিবা ফিবম অসি ইমানা ওইহনলকপনী।

— *অব্রাহিম*

১২। চাবা ফংদবা মীওইদি চিঞ্জাক অসি ঈশ্বরনি।

— *গান্ধী*

১৩। হিংমিন্নবা হোৎনশি, হাতোক্লাগুশি।

— *চৌহান লাই*

১৪। অচুম্বা তৌবা ঙমদবা মীদি অফাবা তৌবা ঙমদে। — *এরিসটোটল*

১৫। অরানবা লম্বী খঙবা ঙম্নবা মীদি লৌশিং ফংবা হৌরক্লবনি।

— *লেটিন প্রোবাভ*

১৬। রাখনথেনবা মীনা হৌখ্রবাশিং পন্দুনা ঙাংই, অপংবা মীনা তুংদা থোরক্কদবশিং পন্দুনা ঙাংই। — *রাবিকোন*

১৭। অশোইবা হায়বসে মীওইবগী হৌনশানি অমুক শোইখ্রবা তুংদা শোইদনবা হোৎনবা ঙমবা হায়বসিনা মীওইবগী গুণনি — *বোভি*

১৮। মশানা মশাবু কৃতিসাইস তৌবা হৌরক্লবদি মীদো শিংবা হৌরক্লবনি।

— *ব্রোনো*

১৯। অশিংবা মীনা অরুবাবু লাইহল্লি, অপংবা মীশিংনা অরাইবাবু লুহল্লি।

— *রোজপাল*

২০। থৌনা ফবা মীদি অমুক্তা শি, পাংদবা মীদি শিদ্রিঙৈদা কয়ারক শি ।

— *সেকপিয়ার*

২১। অচুম্বা হায়বা অসি খ্বাইদগী হেন্না বাংই, অদুগা চুন্না হিংবা অসিনা ধর্ম্মদগীসু হেন্না বাংই । — *গুরুনানক*

২২। ঐখোয়না শক্তী শিজিন্নরগাফংবা কান্নবদুগী অখাং কনবদা ফংলকপা অদুনা হেল্লি। — *ইদমুদিন*

২৩। লিংজেল মান্নদবা মহিক অদুনা চিক্লবা সোসাইতি অদু কৈদৌনুংদা হৌগৎপা ঙমলোই। — *ফিলিশিদনী*

২৪। মীওইবনা খ্বাইদগী কিগদবদি থংদনা তৌরুবা অদুনি। — *গোথে*

২৫। লাইরবা হায়বসে রিভোলুসন অমসুং ক্রাইমগী মমা মপানি।

— *এরিসটোটল*

২৬। অরৈবা খুদিং লৌথোকনু, অতাবা খুদিংমক থাজরল্নু, অখঙবা খুদিংমক হায়দোক্কনু। — *জাপানিজ প্রোবাভ*

২৭। থংদবা মীদি নোংশাদগী হেল্লা কিগদবনি।

২৮। মথৌচিনবা হৃয়িংখোইদি অৱাবা ফোংদোক্লবা মতম শংদে।

— *ৱিলিয়ম ব্লেক*

২৯। অফাওবা হায়বসে থৌনা ফবা মীশিংগী নুংশিবা লৈনমনি। — *সুকর*

৩০। নহা অমা ওইনা নোকত্রবদি পংলবনি। — *অমেন*

৩১। থাজগদবা অহুম লৈ (i) য়ুমগী নুপী অহন (ii) মতম কুইনা লোইরবা হুই (iii) পৈশা

৩২। নশানা নশাবু ঙমজৌ চিংনবগী লাংতক্লবনা মশাবু ঙমহন্নগনু।

— *রাবির ঠাকুর*

৩৩। মীনা উৎশিংলোই নশাগী অশোইবা মীঙোন্দা হায়দোক্কনু।

— *এস ইন্দ্রমনি*

৩৪। অপিকপা মীগা তিন্নগনু, অপিকপা মীগা য়েক্লরুনু। — *রাহিম*

৩৫। অর্থ লৈবা ফাগি পুন্নমক মতমগী গর্ভদা অচুম্বা ওইরকই।

— *জোজ বরনাসো*

৩৬। নুপী নংদি তংখাই অমানা প্রকৃতিনি। — *কলপনি*

৩৭। ঈশ্বরগী লোইবা নাইদ্রবা গুণশিংদো মীওইবনা শেম্বনি।

— *জোজ বরনাশো*

৩৮। নুংশিবনি থবক ওইনা পাংথোকপদি শেবানি। — *শেভান্দা*

৩৯। ঈশিংনা অৱাংবা, খুদোংথিবা নুংজাও কয়া মরুম ৱানা খুদোংথিনা মতম কয়া চংনা অৱাবা খাংদুনা মতম কয়া ৱানা চেনথারক্লগা ঈপাক্তা তিনজবা ফংখি।

৪০। অশিংবনা হংবনা করিগুম্বা খরা লৈরবনি অপংবনা ঙাংবনা করিগুম্বা খরা হায়গদবনি। — *প্লেটো*

৪১। ঙাকপীবা হায়বসিনা অচৌবা লমন খুম্বনি।

৪২। লাইরবা পীজৌ ঈশ্বরনা শোইদনা নংঙোন্দা পীরকনি।

৪৩। কনাগুম্বা খরনা মানা তৌরুবা পুন্নমক হায়দোক্লবদি মতমদুদা মহাক্কী লাইব অদু ডেঙ্গরনি অকাইবা মার্বোলনি। অমুক হন্না ফোংচিনবা য়াররোই।

— *রাধাসামী*

৪৪। নুংশিবা লৈত্রবা, নুংশিবা শাশিন্নরো এক্তিং তৌরো শোইদনা নুংশিরক্নি।

— *রাধাসামী*

৪৫। ঈশ্বরগী মচিনদগী থোরকপা বাহে অদুনা নং হিংবা ঙম্লিবনি।

— *জেজস*

৪৬। নংনা দানতৌবা মতমদা য়েৎনা তৌবা ওইনা খংহনগনু। — *জেজস*

৪৭। ঐনা বাবা মতমদা মীঙোন্দা হায়দোকলুনু নকোক থাও তৈশিল্লু, নমাই তাথোকউ, ফিরোল নান্না শেৎলু।

৪৮। নংগী নশাদো ফহল্লু, বোদী থৌওইদ্রবদি ব্রেন শোক্লকই।

— *এস ইন্দ্রমনি*

৪৯। য়েক্লবগীদমক্তা চুখৎলুবা মৈ অদুনা অয়াম্বা মতমদা য়েক্লবদা চাকংদগীদি নশাদা চাকপনা হেন্লি।

৫০। অচুম্বা মনা মথুমদি শান্তিনি। নুংঙাইবদি অচুম্বা মনা মথুমনি।

— *রাবির ঠাকুর*

৫১। থম্মোয় চাওবশিংবু নুংঙাইহনবশি লানঙম ফিরান নত্তে, লাল্হেংনরিবা অদুনি।

৫২। খাইদগী থৌবা থৌনাদি মাইথিববু থম্মোয় কাইদনা খাংবা ঙম্বা অদুনি।

— *আর জি ইনসরসোল*

৫৩। খাইদগী হৈশিংবা চিরোলদি মী অদুবু অসুম ঙাংহল্লু অদুগা নহাক্না অতাবা ওইহল্লু।

৫৪। মী অমবু হান্না কৃতিসাইস তৌদ্রিঙৈদা নশাগী অশোইবা অদু হান্না হায়দোকউ। — *দ্যাল কনেরজি*

৫৫। থবক্তা ঐখোয় পুকনিং লুপশি ব্বারেম ভাংদনা পুকনিং লুপশি।

— *লেনিন*

৫৬। থৌনা ফবদি পাঙ্গল কনবদগী ওইরকপা নত্তে হুনবা নাইদ্রাবা লিংজেল অদুদগীনি। — *গান্ধী*

৫৭। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী হকচাংদা লৈরবদি ঐখোয়গী হকচাংদা নাপল হায়বদো লৈরোই। — *ডাঃ রাধা কৃষ্ণ*

৫৮। পাক্লবা সমুদ্রদা ইরাক্লদুনা শিবা মীদগী পিক্লবা য়ুগী গীলাসতা শিবা মীশিংনা হেল্লি। — *সিনাসিএম ফ্রেক*

৫৯। নশাগী ব্বাখলশিং অদু চেকশিল্লু নশানা খল্লিবা অদুনা নহাক ওইরক্লিবনি।

— *জে পি জসরানি*

৬০। তুংদা করি থোক্কনি হায়বসি কনানসু খংদে। অদুগা পিক্লা পিক্লাবা খুদোংথিবশিং অদুদগী চাওরবা খুদোংথিবা অদুগী শৈহৌনি।

— *দিমোএথিনিস*

৬১। নংনা উরুরিবা অদু তংখাই অমতং থাজৌ নংনা তারুরিবা অদুগী অমতং থাজরুনু। — *পিনামুলক ক্রেক*

৬২। অচৌবা মীওইশিংগী লৌশিং, অপিকপা মীওইশিংনা তৌখিবা মীওইশিংদগী খোমজিনবনি।

— *প্লাটো*

৬৩। খাংবা ঙমবগী পাঙ্গল লৈত্রবা মীদো মী অমা ওইনা হিংবগী পাঙ্গল লৈত্রবনি।

— *এঞ্জিজ*

৬৪। নিংথিনা শম্বল খাবনা অফবা য়ুমলোন্নবশিং হুই ওলহল্লি।

— *রোব্রাড ফোর*

৬৫। নহাক্লা হৌখ্রবাশিংবু নিংথিনা খন্দ্রবদি হৌজিক অমদি তুংগী মরমদা অশেংবা জ্ঞান ফংলরোই। — *মেসি সগোরকি*

৬৬। শাংখ্রবা পুন্সিগী খোংচৎতা অচুমবতগী ওইবা খোংথাং অদুনা পান্দম অদু য়ৌনবা হোৎনৌ। — *ইন্দ্রমনি*

৬৭। নোকপনা মাই তিংহল্লি, মাসল ২৮ দং শিজিন্নৈ। মাইথোং সুকথবনা মাসল ৮০ শিজিন্নৈ। — *ইন্দ্রমনি*

৬৮। মশাগী ফিরেপতা লৈজদ্রাবদি, মীদুগী হংনাছোক্লাবা শরুগুম্বনি অদুদি অৱাবা নংই, অৱাবসু থোকহল্লি। — *পোসেপ রোকস*

৬৯। নোকপা হৈতবা নংদি করবার তৌরনু। — *চিনা প্রোবাভ*

৭০। থৌনা ফাবা মীদি দাও য়াদবা হায়বসে খুৎ য়েৎকা ওইগনি মঙোন্দদি অনিমক শিজিন্নৈ। — *সেন পেথেরিন*

৭১। হোৎনবা য়াওদনা নুংঙাইবা হায়বসে য়েক্লবা লাক্লবা উপাইনি। — *বাইসন*

৭২। হোৎনবা কনবা মীশিংদি লাইবক ফৈ অদুগা মতমগী মমলশু খংই। — *বাইসন*

৭৩। অৱাবা খংদবা মীদো নুংঙাইবসু ফংলোই। — *জোর্জ ইলোইট*

৭৪। মরৈবাক জাতিবু নুংশিবা হায়বসে অতোপপু তমথিনা, য়েংথিনা খন্দবনি। — *ইদিট কেনেল*

৭৫। পৃথিবীদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা হায়বসে মীয়াম্না তৌবা ঙমলোইদবা থবক পাংথোক্লুবদুনি।

৭৬। মগুণ চেনবা উপাম্বীনা মথন্তগী মনম্না উমংশিনবা থুংহনবগুম, নুংশিবা লৈনম চেনবগুম, অফাবা মচানা শাগৈ চিংখৎলি।

৭৭। অতোনবা জাতিগীশু মহৈদি তমগনি। — *চান্যকা*

৭৮। ধর্ম্মগী পাওতাক তাশিল্লু তারগা থম্মোয়দা হাপচিল্লু ঐঙোন্দা তৌহন্নিংদবা মীঙোন্দা তৌরুন্নু। — *চান্যকা*

৭৯। মহৈ মশিং হৈরবসু ফত্তবা মীগী মনাক নকশিনলুনু। — *চান্যকা*

৮০। ইনাক খুনবা, নিংথৌ, ব্রাম্মন, ডাঃ, তুরেন লৈতবা লৈবাক্তো লৈহৈদে। — *চান্যকা*

৮১। পুইন্য চেনবা মীশিংদি পুন্সি তেল্লবসু মীকুপ অমতং হিংবদা পোকপগী মহৈ য়াম্লি। — *চান্যকা*

৮২। হু মরক্তা লৈরবসু অম্মীত্যদি লৌগনি, ফত্তবা মরক্তা লৈরবশু সনাদি খুনগনি। — *চান্যকা*



অইবীগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। শক্লগে তারো ঈশৈ — ১৯৯৩

২। মণিপুরগী থৌনাফবী — ২০০২

৩। A brief account of Dr. B.R. Ambedkar 1st January, 2005

৪। মশা ফবা অমসুং শান্তি খোংজেলদা ইনবি --- ২০০৫

৫। ঈথেংলক্তা কংলৈপাক — ২০০৫ (নম্লিবা)

৬। শান্তীগী খোংজং (ফোংগদৌবা)